# এবোক্কী মণ্ডলাণ



খাইদেম প্রমোদিনি

অচম্বা খুৎইদা ইরিবা ওজাগী "অবোক্পী মঙলান" মঙফাওনসি তায়বঙদা—ওম্মোক্লা মুঙাইজগ্রে পাক্লবদা—নিংথিজে জুম জুম লাওবা লৈ পরেং অমগুম/চম্ম হায়বগী ফজবা লৈ, তুমিন লৈবগীসু মশাগী লোন মরৈজে হায়নবদু তশেংনা চুম্মী—মসিসু ঐঙোন্দতা ফঙজবনি, পেনজবনি। য়াম্নমক পেনজরিবদি—লাইরিক মচাসিনা পাওদমজরিবা লমসিগী লৈরবা নাৎ অমদি মসিগী শাগোম্ররবা পুং ইশৈ জগোয়গী হিরমসিদসু য়োকখৎপা অমদি কথোকপা চংই হায়বসিনি। ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ারনচিংবা কয়ানা অরেম্বা শিনফমগুম খল্লবা অতুগা পুং ইশৈ জগোয়গী হিরমসিনা অমাংবা পকপগুম খল্লরিবা মতমসিদা সুপ্নগী ইবেনবোক্কুংদি থম্মোয় শোক্লা তেংথারী। অবোক্লা শোৱৈ—"পামজবা মীওইদা চানবা শীন পীতুনা তুংগী চারোন শুরোন কয়াগী লম্বী শেম্লিবনীনে" মেৎগনিফাইং লেন্স থারুবদা তরু তরুনহুম উরকই চেনা খুদিংমক্তা অইবীগী পুন্সীগী শক্তম লাইরীকসিগী অবোকমক ওইনা। অইবীগী রাখল্লোন, মতমসিগী খুৎইদা পেঙ্গদবা কয়া শেমদোকচনিংবা কয়া নিংজবা কয়া কয়াতুমক তরু তরুনা থোরকই মপুং ফানা। ময়েক শেংই, মমলসু য়াম্মী। পাবা লোইরে—হন্ন কয়ারক পারে—থল্লে, ইথল্লতা রাহং পাওখুম—হংলে খুল্লে। অশাংবা নিংশামপী অমগা লোইমনা থোকখি শেংফাত্তবা রাহৈ পরেং অমা—"অবোক" কয়া থোকপীরক্লুনা মঙলান কয়া মঙবীতুনা ঙসিগী শোথরবা কয়াসি মঙফাওনহল্লবা অনৌবা থৌনা হাপ্পীরবদি কয়াদা য়াইফগবা।!

**রারেপ্পা নব**

শজিবু নোংমা পানবা

মার্চ—২৭, ১৯৯০

# অবোক্কী মঙলান

## ( ১ )

অবোক—মুপীমচা নঙনা ঙসাই অয়ুক্তগী চংথ্রগা হৌজিক্কা হল্লকইসিব্রু
কদাই কদাই চংল্লুব্রিবনো? চাক্কা কদায়দা চাবক্লবা?

চীংখৈলেম্বী—অবোক ঙসিদি য়াম চংল্লুরে ব্রাবনা। ঐখোয়
মিউজিক কলেজগী লীলা কুমসিস্থ কমপিটিসন্দা থোক্কনি
ঐবু য়াওদবা য়ারোই হায়রক্লে। শামগদবদি ঙসি ৭/৮
নিতা ঙাইরে হায়য়ে। ঐদি লীলাদু য়াওগে হায় চংপস্থ
নত্তে। চুম্না ওজাদা ঐগী মথা তমথবগী ব্রাফমদু তানগে
মুম্না খঙদোক্কে লক্ষনৌনা ফগদরা বোম্বেনা ফগদরা হংগে
চংল্লুবনে। অদুদা ওজাশিংদুনা, মরু ওইনা ঐখোয় ওজা
প্রিন্সিপালনিসে—ঐবু হেক উবদা হেরোইন লাক্লে।
হেরোইন শাবিনবা লৈতে হায়দুনা ব্রানবদো ব্রাকুবনু হায়দুনা
ময়ামদা হায়ব্রিবা। অদুগা ঐঙোন্দা ওজা ময়াম চঙদুনা
নঙদি বিশারদ পাস তৌরবনিনা ঐখোয়গী কলেজসিদা অমুক
হল্লক্লরোইদো, অদুনা হন্দক্কী লীলা অসিদা নঙনা ম্যেন
রোলদা কুম্বা তারে। অরোইবা চহীনিনা য়াওরম্বা য়াইদা
হাকুমস্থ নঙদি চুম্না পার্ট মচা অমতা লৌই। অদুদৈ

প্রিন্সিপালনা অতু অদা খঙদে চীংখৈলেম্বীনা ম্যেন রোল কুম্বা ময়াম য়ানরবা নত্রা হায়। ময়ামস্থু য়ারে য়ারে হায়রক্তুনা কিং হেক্তা নম্বগী ৱানিদা অবোক। অতুগা লীলা হৌবা মুমিংকিনি হায়তুনা চাকস্থু চাম্নরম্মে। অতুদা ঐস্থু অতুম চাথোরক্লবা।

অ—ফরে ফরে। নঙগী ওজাশিংনা অতুক হরাওনা মুংশিনা তৌরক্লদবু কব্নিগী য়াওদনি হায়গে য়াওগদবনি। য়াও য়াও। অতুগা নঙগী ঈশৈ মখা তমথবৈতুদি হংলক্ত্রবরাও ?

চীং—হংলকই। ওজা প্রিন্সিপালনা হায়রকইবা বোম্বেদদি ঈরাংগী লমনি ঈশৈ মমুং তানা হৈগে খঙগে হায়রদি লক্ষনৌনা ফগনি হায়রকএ অবোক।

অ—নঙগী নিপুন হায়বতুদি চহী কয়াদি চঙনা তমগদবনো ?

চীং—চহী অনীগী কোর্সনি। মরক্তা ছুটি খরদি লৈমাল্লে। অতুবু অবোক ঐদি চৎপু চৎথ্রবদি ছুটিকা অমতা থোরক-ওইদা। আদা অতুম ছুটি মনুংতুদনে অবোক ওজা অমগী মনাক্তা চৎতুনা ঈশৈ তমথুনা লৈবনা ফত্রনে।

অ—ফৈনে ফৈনে। অবোকস্থু মতুনা হেন্না পাম্মী হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা মতম মাঙহনবগী মহুৎতা। অতুগা নঙগী বি এ পরীক্ষা হায়দোক্কদবনা কয়াম ৱাংলিবা। চৎকদৌরিবা অতুগদি নংনগদ্রা ?

চীং—মতুগীদি থোইদোকপা অকায়বা লৈরোই। সেক্সন জুলাইগী

তাং ১৫ দা হৌগনি হায়। বি এ পরীক্ষানা জুনগী অরোইবদা হায়দোক্কদবনি।

অ—আ নঙগী বিশারদ অদুবু নঙনা হায়খিবদুবু করি ক্লাসতা পাস তৌই হায়খিবনো ঐদি কাউরেনে। মিং চনবদা ক্লাস রাংভি রাংদে হায়দুনা বেরাকাদি তৌরক্লোইকো।

চীং—ঐনা পাস তৌখিবগীবুদি সেকেণ্ড ক্লাসতনে। বি এ গা বিশারদকা অনী ফাংনখিবদুদা ক্লাস হাইগৎপা ঙমহৌদবগী রানি। হয়েং লক্কনৌদ্দা লৈরবদি ঈশৈদা হোৎনদুনা লৈরগদবনিনা ফজনা পাস তৌবা ঙনগনিদা। অবোক করিগীনো ঐবু ইমান্নবীশিংনা অঙাওবীনি অঙাওবীনি হায়রিসিবো?

অ—করিগী হায়রিবা? হা....? ইশুবু কৈদোবগী ঙাওদোরিবা?

চীং—খঙদে করিগীনো, ইমান্নবী থরনা ঐবু হায়রিবা—হায় অঙাওবী নঙবু এম,এ তমথগে লো তমগে হায়দনা ঈশৈদা মখা তমথদোরিদুবু কৈদৌনদোরিবনো। ঈশৈবু রা ওইনা হেক তৌশিল্লে। সিমেমাগী ঈশৈ থরা ঙংবা ঙম্লগা লোইরে। ঈশৈ, দ্রামা তৌবসিদি কান্নদবনে। শেলন্থু ফংলোই। তলব অচৌবা চাবা থবকস্থু ফংলোই। ফংসন অচৌবা অমা থোকলকপদা বার্ত্তোন ফংবগী রা লৈতে। ঈশৈ নোংমাই তৌবা মীওইসিদিনে মীনা উশিংতবনি।' থবক ইনথাং অনা থোকপদা ফমফম ফংদবনি। কান্নদে লাইরিক মখা তমথখো ইবেন্মা হায়রিবসিনি কা পংহায়দা হায়য়ে অবোক।

অ—হে, তারুম্নু ইশুসিদি। কলক্কুনা হায়রিবনি। নঙনা খঙজিনগদবদি মণিপুরী মচা ঐখোয়দি, বিজ্ঞান্দা, ডাক্তরগী লমদা, ইঞ্জিনিয়ারদা ভারতকী মফম অতৈগী মীওইগা তান্নরুবা ঙম্মরোই। লম অদোমদদি ঐখোয় য়াম্না শোৎথনা লৈহৌরবনি। মৈতৈ ঐখোয়গী হায়ববু কলচরতা মঙাইরবনি। ঐখোয়গী শক্তম অশেংবা মপাল্লমদা তাক্কদৌরিবম্নু কলচরতনি মসি নঙ খক কাউরোইদবনি। ভারতকী অরাং নোংপোক লমদমদা কলচরদদি মণিপুরী ঐখোয়না হেন্দুনা লৈরি। হেন্দুনা লৈরিবা অসিগী মথক্তা অমুক্কা হেন্নবা হোৎনগদবনি। লাইরিকশীবুদি করি অমুক হায়রুনি বি এ, এম এ না চেংগুম শোবগুম শৌদুনা লৈরে। ঈশিং ঈচাও লাকপদা তুরেলদা কৌশীং তাউথবগুম লম্বী শোরোক্তা তাউরি। ফম লৈবদা লৌরী য়ুমফম কয়া য়োনথোক্করি।

চীং—অদুননে অবোক ঐনা ঈশৈ মখা তমথখিগে হায়রিবসে। ঐবুদি মখোয়গী রাদু তারুদেদা পংহাই হায়জবা হায়বদুনি চিন অমা পাল্লি হায়দুনা। ঙাংজসম্নু মখদাং চোক্লগা মরাইনা তোকচখিনি। অবোক কৈনোমা নীংশিংলক্লে ঙসাইদো ঐনা মিউজিক কলেজ -হায়জিল্লমদাইদা ঐখোয়গী পাবুংদো জিব ১ দা লৈশাবী ২/৩ পুদুনা বাজাররোমদা হায়গৎখি অহনথংদা ঙাওরিবনি কা হায়দুনা ঐদি মাইদমক ইকায়বিবনা। মশক হাইক্কেৎ উবদগী ঐ হন্না য়েংলুদ্রে ঐগী ইমান্নবী অমসু য়াওবদুদা ইকাইদুনা।

অ—তৌরমনি তৌরমনি নপা'মথোঙ হুক্রবদো হায়দোরকপদা চুনৈ। লৈশাবী পুন্থনা সিনেমা য়েংবা চৎলি ওইরিনিয়ে। হৌজিক কালগী লৈশাবীশিংঙিস্থু হোঙস্থু হোঙখ্রে। মাগী মুপী য়াইমত্তুগী মচান্থুপাশিং অত্তুগী মরক্তুগী মপাদগী হেনবা অমস্থু য়াওরিম্লাল্লেনে করি করিনো পংতা তাইনে।

চীং—নীংথি মুংঙ্কাইনদি ব্রারক ব্রাতেমত্থুনা য়োক্লেদো। মহে মশিংস্থু জুগোং চানা অমত্তা ক্তমহন্দে। মচান্থুপী অয়াম্বস্থু মীনা ওক্লে হায়নৈ চুম্বা চুমদবরা অত্তুদি খঙদ্রে।

অ—কদায় মথোং চারুনি হায়গে লৈকাই খুদিংগী মুপী লৈরগব্রু। লমগী মুপী ময়াম্নে য়ুমগী মুপীত্থুনে ময়ামত্থুনা পোকশিল্লকপা মচা ময়ামত্থু মপা অমনা করম থাকপা ঙমগনি। মপাত্থনগা মরোল অমা নোংলৈ মুংশিংকুম পল্লেফম খঙদবা পন্থুংফম লৈতবা মীওই অমগা ওইশিল্লে। নঙস্থু মখোয়দোনা মাঙবা তারে হায়ত্থুনা নমাই কর্ম্ম হেক লোইবগা অবোক্না ঐ য়োকচরুরগে হায়ত্থুনা পুরকখিবনিনে মুপীগচা। নত্রবদি নঙস্থু মখোয়দোনা মাঙলম্মদোনি।

চীং—অবোকী মনাক্তা লৈরমত্রবদি নহালনা য়ুমকৈ পান্দুনা মহাবল্লীগী য়োংনাও মানবা অঙাং ১/২ কা চেন্দুনা পোমফ্রি-শেং লৈরম্মদোনি। লাইনা কনবিরিবনে অবোক। ইমাদো অবোক লৈরিঙৈদা শিজখিবা ফত্রে। থাইনৌ হায়বস্থু পাবুংনা য়ারোইদো। পাবুংদো মীফুস্থু য়াম্না শাথীমাল্লেনে। ময়ুঙাওত্থুনা থেঙনা পেঙনা হনজিল্লক্লগা ইমাদা থীনা ফুবী

হায়নে ইনেতোম্না তম্ববো। ওহ্মোক্না বানা থাঙত্থুনা লৈরম্মাল্লেদা অবোক।

অ—মুপীমচা বাফমত্থু পল্লক্লগমু অবোক মুংঙাইতে। নমাদো নঙ পাবুংদা লৈরমত্রবদি হিংজখিবসু ময়াবনি। নহা ওইনা লাইথুং পানখিবদো, নঙ পাবুংনা মথোঙ চাদবদগী থোকখ্রিনি। ফরে হৌজিক্কি কৈদৌরুনি নঙত্তা মী অমা ওইহৌরগা লোইরে ইশুসিদি। চৎলো চৎলো নঙগী তৌগদবা নথৌ লোইথোকলুরো। লাই থাউমৈ থানবা ধুপ থাবা কাউ-নিকো। .... .... হন্দক্কী ইশুগী লীলা য়েঙগে ইবেনসু।

( লীলা উৎথ্রবা মতুংদা মশু মবেন বারী শাবা )

চীং—অবোক ঐখোয় লীলাত্থু মুংঙাইব্রা? কমদৌই?

অ—মুংঙাইনেহৈ, অত্থুদা ঐনা হায়নীংবা থরদি লৈ। নখোয়না লৌগে লৌরোই হায়বত্থুদি ঐ থঙদ্রে।

চীং—করি করিনো অবোক?

অ—লীলাত্থুবুদি য়াম ফজরে। মনা অমা শোয়দনা ফংলকপা য়াই হায়নসু অবোক্না খল্লি। ইমাইপেন্মা নখোয়গী ওজো প্রিন্সিপালত্থুনা বাজবদো মরম্নাই ওইনা মুংশিজখ্রেদা অবোক্কি। মহাক্ মনবু ওজা ওইরবদি মাগী সেবক শাথাশিংদি কদাইদগী শোইগনি, শোইরোই শোইরোই। ওজা হায়বসিদি ইমা ইপাদগীসু হেন্না মুংশিবনিনে।

চীং—অবোক্না হায়বা চুম্মী। ঐখোয় ওজাদো য়াম্না মুংশি।

অদো লীলাগী মরমদা অবোক্কা হায়নীংবা বা থর লৈ হায়বত্থু-
বো করি করি বানো ?

অ—সে সিনিমা। নঙনা লীলা অত্থুগী মতুং ইন্না নহা ওইরিঙৈ মতম শাবদো থোইদোকপা অকায়বা য়াওদে চুনৈ। অত্থুগা অহল ওইরক্ক মতমদদি নমায় নমিং তৈশিন খোংচিন্দুনা অহল মান্নবা শক্তু শেম্মীদনা। নমায়ত্থু য়েংবদা অহল য়াম মাল্লি য়াই অত্থুগা নতুং ওস্থোরকপা মতমদদি নঙ্গলত্থু তৈ খোং তৌদ্রবনিনা নশাগী তগং তগং তেকপদো অত্থুম উরেদনা। মত্থু উবদা ভাবোক্কী মিংতা খজিক মুংঙাইতবগী বানিদা। মতুংদদি শকশেম্বা মতমদা মত্থুগুম্বদো চিংথহল্লিংদে ভাবোক্কা উগদবা হকচাংগী শরুকমথৈ মেক-অপতা য়াওহল্লু সিনিদা অবোক্কা হায়বদি।

চীং—মত্থু য়ৌনা ঐস্থু থলহৌদ্রে। শকশেমলিবা মীত্থুনস্থু নীংশিং-লক্করে অত্থুননি অবোক। ঐখোয় লীলাদো করিগুম্বা পোজিসন অমা তারক্লগদি অমুক মনা য়েম্থোকপা মুমিংতা শান্নগনিদনা। মত্থুদদি শোয়হল্লরোই।

অ—হো হো, অত্থুগনে লীলাত্থুদা নঙগী নতা শাবা অমা য়াওইদনা। মহাক্কী মশম কোয়না কক্লিবত্থু মশাগীরা অহাপ্পা শন্না। হৌজিক কাল্দি কনাস্থু মশম কোয়না কক্লগ্রেদনা।

চীং—মাইত্থু অহাপ্পা নত্তে অবোক লীলা অত্থুগীদমক ককথংলিবনি। মাদা নত্তে মুপা অনী অত্থুমস্থু লীলাত্থুগীদমক মশম ককথংলিবনি।

অ—ভালো মখোয় অতুনি কলাকার অশেংবা হায়বদো। কালাগীদমক মশাগী মশম ককথংলিবশিংদো কালাদা মথবায় লুপচবা ঙাক্তুনি। অবোক্তি মখোয়বু থাগংতবা ঙমদেবো। অতুগনে হুগীমচা লৈশাবীতুগীসু অশোয়বা অমদি লৈরিদো।

চীং—কদায়দা শোয়রিবা অবোক ?

অ—লীলাবুদি মহাক ফজনা শান্নে। অতুদা মানা মমায় মথুংনা খুমতুনা কপ্পীদনা মমায় অতুদি মেক-অপ ফজনা তৌরবনিনা ঙৌশ্রোক ঙৌরেদো, নঙদৌনা মাগী মথুংতুসু তৈথোংপতু য়ৌহৌদ্রগাল্লেনে। খুংকী মচুগা মায়গী মচুগা কয়াদি খেল্লরে মাই মথুংতো খুং মোজা উপ্পা মানথ্রেদনা মতুমগা মথংগী শোদদি চিংথদনবা হায়য়ু। লীলা ড্রামা হায়তুনা শান্নরি-সিমক্তবু ভাবোক্তীদমকনি হায়বা ফজ ফজনা উৎপা ফৈ।

চীং—অশোয়বা ময়ামদো শোয়দনবা ঐনা দাইরেক্তরদা নীং-শিংজনি।

অ—লীলাবুদি দাইরেক্তরনা তাকপা মতুং ইন্না শান্নগদবনি। ফবু ফজগনি খল্লবদি ইশাগী ওইবা খরা হাপচিনবা থোইদোক্না কায়দমাল্লে খল্লিনে অবোক্তি।

চীং—অচুম্বনি অবোক। মাই মাই হৈনবী থরদি অতুম য়াওশিনথিবা ঙাক্তুনি।

অ—আঃ সে সে, অবোক বারী অমগা তৌথিগে, খঙজিনহৌকো লীলা, ড্রামা য়াওরবা হায়সিদি মীমাং থোক্লিবনি, চেক-শিনগদবনি। ইশাগী ফীভম য়েংগদবনি। ঐখোয়না

থায়না নহা ওইরিবৈ সিনিমা খর খর য়েংলিবৈ মতম অদুদা ভারতকী ফিল্ম ষ্টারদা শক ফজবদা লীলা হৈবদা ফাওরম্বসি নাসিম, মীনাকুমারীখোইনি। হৌজিক মতমগীদি ঐখোয়দি উদগী তাবমুক পঙত্রে খঙদ্রে। মতম অদুদা শক ফজবদা নাসিম হায়নরম্লিবনি। অদো মহাক মনীংদি খরা তেকই হায়নৈ। মতু তাবদগী নাসিম য়াওবা ফিল্ম য়েংগদবগী ঙাইদুনা লৈ। নোংমা তানজা চারুবদৈ নাসিম য়াওবা ফিল্ম অমা তৌরম্মে। ঐনা ফিল্মদু হৌবদগী লোইবা ফাওবা মিং কুপতনা য়েংবনি নাসিমগী মনীংসি কয়াম তেকপগে য়েংগে হায়দুনা। সিনিমা হেক হৌবদগী লোইবা ফাওবদু নাসিমসি মতুং ইওন ওন্থোরক্কবগী রানিসে। লৈ লৈদুনা মওং অমা তৌদুনা তুংয়ান উংখিদে অদুম লীলাদু ফজমা শারদুনা সিনেমাদো লোইখি। নাসিম মনীং তেকই হায়বসি ভাবোক্তি উখিদ্রেদনা। অদুনা নখোয়স্থ তুংয়ান ফজদ্রবা, নাকচেপ য়েংবদা থীরবদি মতু ভাবোক্কা উখিদনবা হোৎনৌ হায়বনিদা অবোক্কা হায়বদি।

চাৈং—চুম্মীনে অবোক, য়াম্মা চুমথ্রবা রানি।

অ—অদুগা নখোয়গী মীনাকুমারী হায়বিদুস্থ লীলাদি হৈথ্রেনা। লীলা হৈবদা মাগুম্বী ভারতকী ফিল্ম ষ্টার মরক্তা য়াওদে। মাগীস্থ মখুৎতো খুৎনাওবী অমা তৎলি য়াওদে হায়বা। মহাক য়াওবা ফিল্ম অমা হৌবদগী লোইবা ফাওবা য়েংবদা ট্রাহন্দে মাগী খুৎনাওবী য়াওদবদু। কয়াদা হৈনা শারথ্রে

লীলাদো। অতুনা নখোয়না লীলা শান্নবদা ঈশৈ নোংমাই শকপদা মশাগী শাবান মুর্ত্তি ফীরেপ মুন্না থল্লগা য়েংলগা শান্নগদবনি।

চীং—ঐদি নহালমখৈ খঙদে অবোক্তি য়াম্না কুপনা নৈনতুনা লীলাকাসে ফজনা য়েংঙম্মীনা।

অ—অতুনি অতুনি হীরম খুদিংমক্তা মমুৎ তানা তানা য়েংগদবনি খঙজিনগদৌবনি। নখোয়গী ড্রামাগী অকুপ্পা ফোরমুলাকাতুদি ইবেনখোয় মুন্না খংপোৎ নত্তেদা। মীচম ভাবোক অমা ওইনা য়েংলুবগী মুংঙাইবা মুংঙাইতবা অতুগী রাফমনিদা।

চীং—অবোক্না হায়গুম্মদনা ঐখোয়গী লীলাদো পোজিসন ১ দি তারকপা য়াই হায়না ঐহাকসু কম্না থল্লিয়ে। করিগুম্বা তারক্তুনা অমুক হন্না উৎপা তারবদি অবোক্না তাকপীরিবা পুন্নমক্তো পাঙথোক্রবা হোৎনজগে।

অ—অতুগনে মুপীমচা ওজা গুরু হায়বসিদি ইমা ইপাদগীসু হেল্লি হায়নরিবনি। ওজা গুরুদা ব্যবহার কায়গন্নু লীলা থোক্লমদাইদা ঈশৈ শকলমদাইদা ওজা খুরুমগদবনি। ভক্তিবু লৈরবদি ভৌজরুবা থবক খুদিংদা মঙ্গল ওইবনি। ওজা হায়বসে মুংদি মুংশিগ্রবনিদা। মখোয়না করিগুম্বা পোৎ অমতংকা পীজরক্লবদি হেক্তা হাংবোই নীংবনি। ঐখোয়না ওজা খুরুম্বদা মঙ্গল ওইয়ু হায়তুনা কোক্তকা নানবিরকপদো পুক্নীংসি খঙচাউ চাউখৎলকপনি। মিৎতমী পি তাখিবা খঙহৌদবনি।

চীং—চুম্মীনে অবোক লীলা থোক্লমদাইদা ওজা খুরুম্বদা ঐদি ইতং তৎতনা কপ্পী।

অ—আঃ ইবেম্মা, চীংখৈলেম্বী নঙবু নঙ ওজা প্রিন্সিপালনা কৌবত্নু করিগী ওইরম্লে ?

চীং—অত্নুবুরাও অবোক ঐদি ওজাগী ৱা তাবদা মুংঙাইবনা লোইরে। ওজা প্রিন্সিপালননে মাদি ঐখোয়গী প্রামানা বেষ্ট প্রদকসন তাবা অত্নুগা ঐনা বেষ্ট এক্ট্রেষ্ট তাবত্নুদা হরাওখিবনা ইচাদনি হায়ত্নুনা ঐগী লক্ষনৌগী সিট, হোষ্টেলগী সিট পুম্নমক টেলিগ্রাম তৌদ্নুনা ওজানা হংবিরম্লে। সিটকা লোইনা ফংলে। টেলিগ্রাম মরোলদ্নু তমগদবগী, ঐবু টেলিগ্রাম কোপীদ্নু পুদ্নুনা লক্ষনৌদা থুনা চৎলো হায়বগী ওইরম্মে। সিট লোইনা ফংলে হায়বদ্নু তাবদা ঐনা হরাওবসিদি করি হায়রুনি। ঐগী চৎননবা মুমিৎ অফবা অমা পাঞ্জিদা য়েংবিরুরো অবোক। ঐ থুনা চৎগ্রগে।

অ—য়েংঙ্নুগে, য়েংঙ্নুগে। ইনক নকপা নঙগী নপল তোলমুদা হেক্তা য়েংল্লুরগে। নক্লমন্দুনা ঐখোয়না থৌশাবিদবগী বানি। নপল তোলমুসি হাইফেৎ মমিং চৎলিবা পাঞ্জিনি। হায় মুপীমচা মতমসে হৌখিবা খঙদবনিকো। নঙগী নফি নরোল পুগদবদো য়েংশিল্লু। অমোৎপনা শুদোক চামথোক্কনি। স্যুট কেশনা কয়ম্বা পুগদবা। উপুদ্নুদি শীজিন্নদবা ফনা কুইরে মুজা কারম্মগনি মদ্নুসু ফৌদোকউ মুংশাদা। ঐ

পাঙ্জিদা চৎলুখিগে, ফিগা হোংলয়োই কানখোকপগা য়ৌরসিবু .... ... হায় অবোক চৎলে ··· চৎলে।

চীং—অসঃ অবোক্কা হায়গুম্মদনা উপুসিদি কোকফাই লোইনা কারম্মেদনা নীনি হুমনি মুংশাদা ফৌত্রবদি য়াব্রয়োই কম্মাই তৌনি এয়ার বেগতুনা কমদৌরিবা? এয়ার বেগ সিদি ঐনা তত্তনা শীজিন্নবনিনা করিগুম্ব তৌবমদে। সিমদি য়ারনি। স্ল্যাট কেশশিবু ··· অমা হেক লৈরসিরা খংদ্রেনে। হাইমা অবোক ওম্মোক থুনা হল্ল'ক্লদা? পাঙ্জি উনরক্কুবো?

অ—উন্নরকই মুক নকপবুদি থোঙ্গাল অমতনিনা খন্নরিবা। পাঙ্জি য়েংবা মী অতৈস্ম পংলাক লাক্করমদ্রি।

চীং—পাঙ্জিনা করি হায়রক্লে? মুমিং লেপ্পীবক্লবরা?

অ—মুমিংপু ওম্মোক্কা নকনা পীরকখ্রেনে।

চীং—কৈদৌঙৈ?

অ—হংচিং মঙানি পানবা ইরাই মুমিংসিনা মফরে হায়রিয়ে। মতুং থা ২/৩ ফাওবদি লংফৈ ইফৈ চৎপগী অফবা মুমিং যাত্রা য়াবা লৈত্রে হায়রিনে। কমদৌসিগে। মুপীমচা?

চীং—ফরে অবোক, চৎকদবা লৈরববু য়ৈথোকলুদনা কান্নদে কোক হেক চৎখ্রগা লোইরে। পন্থরুবগী কান্নদে হায়বা।

অ—অবোকম্মু মহুনি পামলিবা। নঙনা নহৈ নশিং তম্বা লোইদ্রিবা ফাওবদদি সিদা লৈহন্নিংদে। নপা অঙাওবতুনা লাক্লগা নহাঙ্গ নোংমম্মু করি কন্নিনো পংলোম্দা লোল্লম্মীনে। হা চাউশিল্লক্লে থাজ য়োনজবা মতম হেনখ্রবদি শিংলনি

বি এ পাস তৌরবদি থবক মচা অমা থিরগা তৌহল্লসি। তলব খরা খরা চাজরবদি মাগী মতেং পাংবা ঙম্মনি মান্নু মচা ময়াম থাকপদা ৱারে হায়রম্মীনে।

চীং—কৈদোৌঙৈ লাবল্মীবা ঙকখ্রেদা। মাই মচা ময়ামতুগা মাগদা মাঙজো। ঐবুস্তু অমুক মহোয়গী নোংয়োক মরক্কুদা চিংশিল্লগা মাঙহনবিগে সিনিনে। ইস ঐবু করিগী মানা থাজবিদোরিবা? ইমা য়াইমতুনা মচা ময়ামতু থাকপদা ৱাররিনি অদুদা ইনশিন্দুনা হায়হল্লব্রিবা ওইরিনি। অবোক্তি করিগী ৱাফমতু ঐঙোন্দা তমদ্রিবা? কৈদোৌঙৈনো মানা লাকলম্মীবো?

অ—কুইরেদা নোংমা মুমিৎ য়ুংবগী অতুরাইদা লাক্লমবনি। নঙনা কলেজ কাথ্রিদ্রৈদা। ঐনা মা লাক্লম্বগী পাউতু নঙোন্দা তম্নবদি নপুক্নীং মুংঙাইবোই লাইরিক লাইশু পাবদা অকায়বা ওইনি হায়তুনা তমদবনিদা। অতুগুম্বা ৱাতু তম্নগা কান্নবস্তু নত্তবতুবো। মুমিংতো মা য়ুম্নু য়াম থক্লকমাল্লে। মাগা লেপম্মীনবসি ফনা লাপনবনি অতুবু য়ুনমতু ফাওরকইনে। ফমস্তু ফমলগদে ফম্মু হায়স্তু য়াদে। করি করিনো য়াম লাউ খোংতুনা তৌরম্মী ঐবুস্তু চৈরম্মী; ঐ খোঁওইনা তারুদ্রে। অতুনা ইবেম্মা নঙবু থুনা চংথোকহলনীংলে। নঙতা মী অমা ওইহৌরগা লোইরেদা ইশুসিদি।

চীং—হোয়দা ফদ্রে অবোক, মহোয়স্তু মহোয়না থোকপা ঐস্তু ঐনা থোকপা হায়ম্নুনি। মথোয়গী ৱাবু খম্নরুরগা করি

কান্নগবনো। অবোক স্যুট কেস মচাসিগা এয়ার বেগ সিগতা মপুরগে। ফি রোলস্তু পংপু পুনীংঙাই লৈতেদা। লাইরিক হায়র পুররোই। ঐনা সিদগী পুগে নীংবদি ফনেক মপান নাইবদো মচু তোঙান তোঙানবা ও দংদি পুনীংঙি। ফনেকতুগা কোন্নবা ইনফি মপান মোইরাং ফিজিন চনবদো ও দংগা পুগে। হয়েং করিগুম্বা ফংসন অচৌবা অমা থোক্লকপদা মৈতৈ ঐখোয়গী ফিজেৎ ঐখোয়গী কসতম কলচর উৎনীংবগী বানিদা অবোক। ফুরিংকাদি আদা অতুম তুরুরগে।

অ—চুম্মী চুম্মী ইশুনা হায়বা। ইবেম্মা পামলিবস্তু মতুমক্কি।

চীং—আদদি ময়াম শাড়ী শেৎনরমনি। অশাবা লগনিনা শাড়ী শেৎপনস্তু খরা কোম্নগনি। অয়ুক মুদাংগীদি শাড়ী শেৎপা কৈস্তু কায়দেনা অবোক।

অ—কায়দে কায়দে। মীমাঙ থোকপগী রাদবু হায়বনি। আঃ নঙগী পুননবা শেল থুমগী রাফম্না কমদৌবা?

চীং—ওঙ্গা প্রিন্সিপাললনা হায়রিবা ষ্টাইপেন্দস্তু ফংগদবনিনা কোম্না শীজিন্নরদা থাদা লুপা ৩৫০ দগী হেন্না চংলোই হায়নে।

অ—অদুদি চহীদা লুপা লীশীং ৪২০০ রোম চঙবা তারেদনা। লীশীং ৫ হায়না হেক মপারো। অদুদি চহী ২ গীদি লীশীং ১০ লৈরবদি য়ারেদনা। সে মুম তৌরো চহী অনীগী পুন্না লুপা লীশীং ১০ গী চ্যেক অমা পুখ্রো। আদা বেঙ্ক একাউন্ট হাংদোকলে হায়রগা নঙগী দরকারগী মতুং ইন্না

থা থাগী ওইনা কায়থোক্লগা শীজিন্নরো। অতুগা শেল ওইনদি লীশীং অমরোমদং পুখো।

চীং—ঐঙোন্দা অতুক য়াম্না পীথোক্লবদি অবোক্কী শীজিন্নবদি কমদোঙ্গা তাবা।

অ—ঐগীদি থা খুদিংগী য়ুম ময়ামসিগী ভারা কারক্কনি। ফো কারক্কনি। ইবেনগী করিস্থ বাংলোইদা থা থাগী ওইনা নঙোন্দা শেল থাদোক থাজিন তৌবদো মীস্থ লৈজদবনিনা অতুগী মথক্তা মীগী মমিং চাউনি হায়বা।

চীং—উমঃ তৌবগীবুদি অবোক্লা হায়রিতুনা কবা। অতুদা ...।

অ—এ ইশুসিদি অতু অদা লৈতে। ঐগী হায়ববু নঙনা মী অমা ওইহৌবা নশা নতোমতা লেপচবা ঙমহৌবা অতুতনি। ঙসিনা ঐনা নঙবু শেম্নমগনি হয়েংনা নঙনা লম অসিদা পোকপা নহারোল সুপী সুপা কয়াবু শেমগনি। মীনবুদি মাই মশুসিদা শেল পূম্নমক হৈজিল্লে কৈস্থ কাম্নরোইদবদা হায়বা য়াই। ঐনা তৌরিবসে নঙোন্দা শেল অরেম্বদা হৈজিনবা নত্তে। পামজবা মীওইদা হৈনগদবা শীল পীতুনা তুংগী চারোন শুরোন কয়াগী লম্বী শেমলিবনিনে। মসিতনি নঙনা ভাব তাগদবা। কাউরোইদবা।

চীং—অবোক নশুনা কৈদৌম্নুংদা অবোক্কী য়াথং হিক্তোকচরোই, অবোক্কী পাউতাক কাউজরোই।

অ—অতুগনেহে বাফম অমনা য়ুমফম থোন্দনা য়ুম শাবা য়াবা নত্তেনে, ঈশৈগী গুন চেন্দবা মীওইনা ঈশৈ তৌবা য়ারোই। মরম

অহুনা ঐখোয়গী লৈবাক্তদি ফংদবা, মীরমদদি লৈবা পোৎশক অহু ফংননবা ঈরৈবাক লান্দুনা চৎনরিবনি। তানবা য়াবা লৌশিং মীরৈবাক্তগী তানশিল্লকপা। তানশিল্লকপা জ্ঞান ময়ামহু পুরক্তুনা ইরৈবাক্তা হল্লক্লগা ইমা লৈবাকপু ইজাতিবু সেবা তৌগদবনি। ঐখোয়গী ইনাৎসু থাফদে। হয়েং নঙনা হল্লক্লগা ঐখোয়গী অহল লমন, লাই গুরুগী মফমদগী থিজিনবা য়াবা থিজিনগনি লৌবা য়াবা লৌশিনগনি অহুগা ঐখোয়গী কলচরগী পুক্কে থলহনগদবনি। হয়েং ইবেম্মা লৈখিদ্রবসু ইবেম্মা পামজরস্বা অসিতদি নঙনা পাঙথোক্লম্মুকো ইবেম্মা।

চৌং—হায়বিরিবা ময়ামদো ইথনতা পাঙথোকপা ঙম্মোইয়ে। ইশু ইবেন চঙহুনা পাঙথোকমিন্নগদবনে। ঐখোয়না থরায় য়াওনা হোৎনরগবু ঙমদবা লৈরোইদা অবোক।

অ—মুপীমচা নঙগী পাবুংদদি নঙ চৎকদোরে হায়বসি তাকলম্বনা ফত্রা? নঙবু পোকপীরিবা নপানি। মানা লানবদি লানজসমু নঙনদা লান্দ্রগা লোইরে। ঙহাক্তংদি চৎতুনা নপাবু খুরম্নম্বদি ফৈকো। করি হায়গে?

চৌং—মদো অবোক খ্বাইগী চৎনবিনে চুম্মে। অহুদা ঐখোয়গী পাবুং অহুদি সমাজগী চৎনবিগী রাংমদা থক চাহুনা শা ঙাগী লমচৎ চৎতুনা লৈরেদো। ঐনা চৎলুরগা মমান্নবা জুরার রালা, গঞ্জুরী, য়ু থকপা ময়ামহুগা য়া মা তৌহুনা লৈমিন্নরম্বা থোক্লো অহুগা ঐবু উবদা নঙ চৎথিবা য়ারোই

ঐ নঙগী নপানি নপানা হায়বা ইনগদবনি। হমুবী শামু লোইবী অতুনা শেল পী পীতুনা কাও থাবগুম থাতুনা ইচাসে মাঙহনবিগদৌরবনি চৎপা য়ারোই কা হায়তুনা কাতু কারল তৌরক্লবদি ইগু ইবেম্মা ৱানা হোৎনজরিবা অসিদা অকায়বা থোক্লক্লোইদ্রনে অবোক।

অ—ইশুনা হায়রিবদো য়াম্না চুমথ্রবা ৱানে। অতুদা ঐখোয়নদি কায়রুদবনা চুম্না খল্লুবগী ৱানিদা। মানা নহাল নোংমা লাক্লুনা লাউরম্বা অতুগী হায়রুরবদি মুপীমচা নঙনা খল্লিবতু চুমলিবা। খঙদ্রেদা তৌরিবসে। ওক্কবা লমচৎ নাইদবা হায়বসে মপা মচা লাপথোক্লহল্লেদো প্রেম ৱাংহল্লেদনা।

চীং—অবোক পাবুংখোয়দা ঐ চৎলোইদা। চৎতবনা ফগনি। তাকলনুসিদা অবোক।

অ—খঙদবা মী অমনা তাবদদি ফজদ্রিবা। ফরে ফরে চৎনীংদ্রবদি চৎলুরমু। হয়েং হংনরক্লগা থোকপা থোকপা খুম্নবা হায়হুনি। অদো হয়েংদি ইগু ইবেন গোবিন্দ অমুক্তং খুরুম্মুসিদনা ঙমজবা হৈ লৈ খরদংগা, ক্ষীরমু কৎনিংঙিনে অবোক্কি।

চীং—খুরুম্মুসি অবোক ঐসু অবোক্কা হায়গে নীংলম্বনি। লাই তিন খুরম্মগা পুক্কীংসে ইশেং শেংবগুম লুবগুম তৌইনে অবোক। অতুগনে অবোক সনামহী সিধামু খর থিনবিমুকো।

অ—এঃ মতুগীদি ঐনা খো খোৎপা লাঙহুনা থমলবনে। হয়েংসে শগোলশেম্নিদনা নপোক মুমিৎমু থোক্লে য়াম্না ফরে। লাইদা কৎকদবমখৈ হয়েং লোইনা কৎলসি। অতুগনে মুপীমচা

নঙনা চৎকদৌরিবসি নোংমা নিনিগীত নঙবনিনা পুগদবা পোৎচৈশিংদো মুম্মা য়েংশিল্লু চিংথহৌনিকো। পোৎ মচা মশুনা মহেল্লবনি লংফৈ চৎপদা দরকার ওইরকপসে। মমলবুদি কৈস্নু লৈতবা অদুবু লৈবা যংদ্রবদি রাগদৌরিবা। য়েংশল্লু য়েংশল্লু।

চীং—লোইনা শুরে অবোক। অবোক ভরাংদগী ঐ পূক্নীংসে ইরাঙ লাঙডি মুংস্নু মুংঙাই চৎকনি খনবদা অদুগা মুংঙাইতবস্নু লৈদা।

অ--করিগী মুংঙাইত্রিবা নহৈ তম্বা চৎপবো। মীথোই মীহেন্নবা জ্ঞান তানশিল্লুদৌরিবো। মুংঙাইতবা তৌরুম্নু।

চীং—অবোক নতোমতা লৈহৌগদবসে খল্লুবদা মুংঙাইতরীবা।

অ—হে অঙাওবীসিদি অদুবু রা ওইনা হেক খল্লে। খল্লুনু। তাইবং মীওইবা ঐখোয় পুম্নমক পোকপা মতমদস্নু ইতোমতা, শিবদস্নু ইতোমতা শিগদবনি। মুংশি হায়দুনা মী ১ না মী ১ বু শিবদা পুবা য়াবা নত্তেনে। করিগী পংখল খল্লিবনো। ইবেম্মা পামজিবদি, ইবেনগী পুন্সীগী লাইনীংদি ইশুনা মীথোই মীহেনবা লৈবাক্কী সেবাদা থরায় য়াওবাগী অমা ওইহৌবা অদুতনি। ইবেনগী আশা পুম্নমক নঙনা থুংহল্লুকো মুপীমচা।

চীং—অবোক !

## ( ৩ )

ইবোচাউবা—ইমাবোক! ইমাবোক ঙমদে হায়বু কয়াম কন্না ঙমদবনো? করি লাঈনানি হায়গে। ইমাবোক ঙমদে তাবত্নদা ঐ লাকপনে।

অ—ইবোচাউবা নঙ লাকই। থোইনা কন্না ঙমদবা নত্তেদা। অহল ওইশিল্লকপত্নদা স্থুম শোঞ্জিল্লকপনিদা। অহল লাঈনা হায়বত্ন ওইরমাল্লে। নঙ তাইবুংঙো মধুমঙ্গলনা ডাঃ অহৈবা অমা কৌবিরকই। মামা য়েংবিরমলে। তু, লিক্লী অত্নদা খিল্লিবা ময়ামদো ডাঃ না হায়বা মতুং ইন্না নঙ তাইবুংঙোনা লৈরম্বনি।

ইবো—ডাঃ না করি লাঈনানি হায়রম্বগে?

অ—লাঈনা থোইদোকপা লৈতে। অহল ওইরকপগী ঈ শোন্দুনা অঙ্গংবগা কযা পক্লদত্ননা তৌবনি। লুম্না লৈরগা ফগনি। খোঙ খুৎ পংঈং ঈংহনগদ্ধ হায়না ডাঃ না হায়রম্মী। ঈশিং অশাবা খাও থাগন্ন। ৱাথল পংখন খনগন্নস্থ হাযরম্মী।

ইবো—ঈংবু ঈংলবদি নীংথমথা অসিদি ঐখোয় নহা ফাওবা যাম ৱাত্রে। ডাঃ না হায়বা অত্ন কায়দনা তৌরগা লোইরে। কৈস্থ তৌরোইদা ইমাবোক মরাইনা ফজনি। অদো ইমাবোক, ঐখোয় ইমানা কন্না ৱাফম অমা ঐঙোন্দা শিন্নরম্মীনে। ইমানা হেক থ্‌ পলমদাই ফাওবদা ৱাফমদো তত্তনা শোল্লম্মী। অসিদি ৱাফমসি ··· ···

অ—করি ৱানিনা শিন্নরম্মীদি? ঐগী ইনাও লাইবক চাউবীদো মচেম ঐবু নীংজবনি। লমনা তাম্নখিবত্নদা ইনাওগী মশক্কু উহৌবা ফংখিদবনিদো। হায়য়ুনে মামা শিন্নরম্বা ৱাদো। করি হায়রম্বনো?

ইবো—ইমানা হায়রম্মীবা নমাবোক্কী নক্নবা অততাই ওইবা কনা লৈতবনি। মচান্নুপী ১ তং পোকচবস্তু ওকখিদ্রবা মুপা ১ দা ওংলুত্নুনা ঙন্তানা লাইগী খুয়া তানখ্রে। মচানি হায়ত্নুনা থনম্নীবা অত্নুস্তু মুপীমচানিদো। মহাকস্তু মতোমতা। অত্নুনা নমাবোক্না কোক্তা চীকলে হায়বা তাবদা নঙ চৎত্নুনা সেবা তৌরু। য়ারগদি নঙগীসিদা পুরক্নুনা ইচেনা থুপখিদ্রিফাওবা নঙনা সেবা মতোল লোম্না তৌকো। ইমানা হায়রম্বনি হায়য়ু। নমাবোক্কো য়ানবা থেমত্নুনা নঙগা লৈমিন্নৌ। মাগীদি হন্না য়েংবদা মমি নত্তুনা লৈত্রবনি। ঐনা স্তুম তাববু মশু মুপী ১ তং লৈজবত্নুস্তু প্রজাগী সেবাদনা হেন্না থৱায় য়াওগদবা মীতানি হায়। নমাবোক্না অহল ওইরক্লবা ঙমলক্তুবা মতম-দবুদি মী নেক্তুনা সেবা লাংবাবুদি তৌহনগনি হায়ববু অতত্তাই হায়বা অমদি লৈরিদনা। মদো নমাবোক্কীদি থোক্লরোইদবা। হায়ত্নুনা, ইমানা ওস্তোক্না কন্না শীন্নরম্মী ইমাবোকপু!

অ—ইনাওদো মচে ঐতগী ৱাত্নুনা শিগ্রবনিনে। পোকমিন্নবস্তু ইচিন ইনাওতনিদো।

ইবো—ইমানা শিন্নরম্বস্তু শিন্নরম্বনি। ঐগী ওইনা হায়জনীংবনা

ঐস্ নমগা তাম্নবনিনা তোয়না সিদা লাক্কুনা সেবা তৌরবস্ ওইথোকলোই। য়ারবদি হন্দক ইমাবোক্না খর ফরক্লগা ঐগীদা মতম খরাতা ওইরবস্ লৈরুসি ইমাবোক্কী সেবা ফংজগে হায়বনি।

অ—ইবুংঙো নঙনা হায়ৰিবদো মতুম তৌরবদি নঙগীস্ ঐগীস্ ফগনি মুংঙাইগনি অতুদা সুক য়াম্বা সিদা লৈরিবা মাল চাং ময়ামসি পাক থাদোক্কুনদি করম চংকনিদো। নগাতুদিনে ঐগী তুংগী ওইহৌগদবদো খনবদা য়াম্না রাজখিবনি। ঈশ্বরনদি মপুন্সী তেল্লু ঙমমবনিনা নহা ওইনা লৈখিদ্রেদো। নমাগী দিন তাবদদি উসোবকাদি লেপ্তুনা কৎলিকো।

ইবো—কৎলি ইমাবোক। ইমাবোক্কদি তাবলকপা ঙমদে লমনা লাপ্নবসিদা। বস তোংবস্ শাংনা তোংবা ঙম্মোইদো। ইমাবোক রাগনি খনবদা ইতাক তাক্লক্ক্রবনি।

অ—ঐগীবুদি করিস্ বেরা লৈতেদা। তাক্লক্লবস্ অতুমঙাই তাকক্ক্রবস্ অতুমঙাই অমহানি লাকপা ঙম্লোইদবনিনা হায়বা। উৎসব লেপ্তুনা তেক্ক কায়দনা কৎলি হায়বতুতনি ইমাবোক্না তানীংবা। অঙাংশিংদি কমদৌরিবা না য়েক তৌদেদনা ?

ইবো—থোইদোকপা য়াওদে।

অ—অন অয়েকপু য়াওদ্রবদি ইমুংদো ঈংনা মরা তপ্না পানব ঙম্বনি।

ইবো—ঐগীদা মতম খরদং লৈরুসি হায়বসিবু ইমাবোক্না করি খনবিরিবা ?

অ—ইবুংঙো ইমাবোক অমুক্তা মুন্না খল্লমখিগে। মথংগী লাক্লিবা থাগী পানখৎলকপা পূর্ণিমা য়ৌভ্রিবৈ অতুদা নোংমা অমুক্তদি লাকখোদনা।

ইবো—ঐ শোয়দনা লাকচগে। চাবদি, ডাঃ না কব্রি কব্রি চাবা য়াই হায়রম্বগে। ডাঃ গীদি অতু চাগম্মু অদা চাগম্মু কা য়াম্না তৌবনি।

অ—অহল লাঈনানি। থোইদোকপা লাঈনা অতৈদি লৈতে চানীংবতা চাউ হকচাং কনখৎনবা হায়রম্মী। ইমাবোক্না য়োৎশিনবা য়াদবগী ব্রাতা মঙাইরে।

ইবো—ইমাবোক্না চাবা য়াগদরা হায়তুনা ইংখোলদা পানবা অব্রাথবীনিসে উথক্তা মুনবা অতুগা নমৌ মুপীনা ইমাবোক্কীনি হায়তুনা পীরকপা মঙ্গ্রা অঙাংবনি। ঙরাং অহীং তুমদমখৈ ঙাল্লতুনা পীরকপনি চাববু য়াগদরা করিনো খঙদে। সিদগীসিনা ঐখোয়দা শুম্বা শঙ্গোমনি ভৌরক্লবনি। চুহী অনৌবা লীকলী অমস্ত হাপ্লকই। কুমসিদি অরাং ইংখোল অতু ঐনা মঙ্গ্রা অঙাংবগা আলুগা থাবনি, শম্বল ময়াতুনা থুংনা উ মঙ্গ্রা থাই। ফনা ফজনা তারম্মী তাল চারুরমাল্লে। নীংথিনা লোকই।

অ—কদায় কদায় মঙ্গ্রা অঙানবতু খর য়েংগে। তান চারেদা ঙসিদি একাদশীনি ব্রতনিনা চাক চারোই মঙ্গ্রা অঙানবতু শঙ্গোম অশাবদা থাদরগা ফল-মূল ওইনা চারগেনে।

ইবো—অথাপ্পা হায়বসিদি তম্বা ঙমদে হায়দুনা ঈরু-মাইথঙ্দুনা চাক ঙন্তা চায়গা লাক্লবনি। ইমাবোক ঐ খোঙ খুৎ অমুক্তা শেংদোকলুখিগে অদুগা ইমাবোক্কী চানবা ফল মলদো হেক্তা শেমলক্লগে। .... আ ইমাবোক, সে খজিক্তুং য়োৎপা য়াত্রা য়েংসি।

অ—হাওত্রেদা রতু বেয়ানা কৈদৌনি। ঐখোয়গী ইপা ইপুনা চারম থকলম্বসিদি মহাওদি লৈথ্রবা জাৎ ওইরে। চুহী অনৌবা মনমসিনা নুংশিব্রিবা। মসি চাবসিদি হকচাংসে হেক কনখৎকদবা মাল্লিদা। ইবোচাউবা ইমাবোক পেল্লেহে।

ইবো—ইমাবোক নাবা ফরনিদা। ঐনা ঙসাই নীংশিংখিবা রাফমদুমদি ইমাবোক অমুক্তা মুম্না খনবিরম্মুকো। ইমাগী সেবাস্তু মতোল লোম্না ফংজহৌদ্রবনিনা ইমাবোকপু নচানা সেবা ফংজনীংদুনা তৌবনে।

অ—ধর্ম্ম লৈবা অহল লমন লাই গুরু মশক খঙবা মচাদি লেম্না খক মাঙদবনিকো। ইচাদি নুংঙাইরকথিনি। নঙনা হায়বা রাফমদুদি ঐ মুম্না অমুক্তা থল্লমখিগে। ঐনা নঙবু লাকউ হায়বা মতমদুদা নঙ শোয়দনা য়ৌরকউকো।

ইবো—হোয় শোয়দনা য়ৌজরকে, অদো ঙসিদি ইমাবোকম্তু করি থোইদোবপা তৌদ্রবনিনা ঐস্তু হঙবা তৌরগে। থেঙলবদি বস ফংবা রাগদবা। লম থাপ্পসিনা নাতৈ চাখিদ্রে।

অ - ফরে ফরে য়ৌনবা তৌরো।

ইবো—অদুদি ইমাবোক ঐ য়োশ্রগে (খুরুম্বা) জয়ঃ
অ—য়ারেদা য়ারেদা। য়োয়ো য়োয়ো।

(অবোক মতোমতা শোনজহৌবা)

ইনাওম্নুপীনা পোকলম্বা ইচানিকো। মুংশিদা। কয়াদি থাপ্পা লাক্লুনা মমাগা পোকমিন্নবা মমাবোক অমা লৈরি হায়দুনা থিরকইবসে লাই গুরু অহল লমন মশক খঙবা মচানি লেম্না থক মাঙবা হৌনদে। মানা ঐবু মাগীদা লৈরসি হায়না তক্লুরম্নিসিনা কমদৌবা। অমরোমদনা ইনাওম্নুপীগী মচাম্নুপানা ঐবু ইমাবোক ইমাবোক হায়দুনা অপোকপা মমাদগী হেন্না লুনা তৌরম্নিবা অদুগা অমরোমদনা য়োং লৱাই মচা শা চাবা মু থকপা অহল লমন লাই গুরুম্নু মশক খঙদবা থকসি খাসিম্নু নাইদবা হায়নি হায়রোইম্নু খঙদবা অসিনা মুমিৎ খুদিংগী অহীং অথেঙবদা ইচা মুপী পীয়ু কনাদা য়োনথোকপ্রিবনো, পাঙল লৈকায়দা নঙনা ইচানুপী থাজবা য়ারোই। ঐ মপানি মচা মুপীদি মপানা থাজগদবনি। ইচা পীরোই হায়রগা লুপা লীশীং ১০ পীয়ু হায়দুনা ময়ু তপ তানা থকচিল্লগা থোঙ্গালদা থিন্দুনা লাউ খোংলগা ঐবু ওৎলবা। কৈরোল লৈকায়গী মমাঙদা কয়াদি চোপ্লবনো মসি পূম্নমক তাদনবা উপায় হায়ববু ইবোচাউবনা হায়রম্বদু ইনবা তারে। লমগা লাপ্পীদো ইবোচাউবগী মচা মুপা ময়াম অমম্নু লৈরিদো অঙাওবদুনা হায়জিল্লকপম্নু ওম্মোই। অদুনদি লো শীং মাল চাং পূম্নমক উইল তৌরগা ইশুম্নুপী চীংখৈলেম্বীদা পানবিরম্নগে। উইলদা ময়েক শেংনা ইরমগে

মহাক্লা পাঙথোক্কদবা থবক ময়ামগী। ইঙ্গা ঐগসু ভাবতি ত্যনগ্রবনি। মপানা মথোঙ চাদ্রিবা মচাম্নুপীনা জ্ঞান তারিবা। খঙদ্রেদা ঈশ্বর অসিনা শীনবিরম্লিবা অসিসু।

মধুমঙ্গল কৌরগা নোংমা নিনিসিদা থবকসি লোইশিনবনা ফবা তারে অতুমণ্ডাইরে। মধুমঙ্গলদি ধর্ম্মগী পনথদা চৎপা মুপানিনা অতুগীসু মথক্তা মপাবুং অতুনা শেম্বীরম্লিবা মুপা অমনিনা মা অকায়বা তৌরক্লোই। মাদি অফিসার অচৌবা অমসু ওইরিদো অতুনা মনাই মশল থারক্লুনা থা থাগী কারকপা ভারা অসিসু মরাইনা খোমজিনজনি। অতুগা বেঙ্ককী হিসাবতা হাপচিনহনবা। ফরে অতু মণ্ডাইরে। নহাল নোংমা য়ুম ভারা থিরম্বা লাক্লম্বা অফিসকী গ্রামা তমফমশঙ ওইগে হায়রম্বা অতুন্দনা ঐনা লৈরিবা য়ুম অসি শান্দোক্লবা। চহী ২ গীতনি হায়রম্বনি মসুম তৌবনা ফরে। মীরা মীশা তাদনা খুঙ্গং অরাম্পা অতুদা চীক্লা ঈংনা লাই নীংলুবা হায়বতুনি। মসি ওইরে মীওইবগী পুন্সী হাযবসে। ঐগী মণ্ডলান্দো অচুম্বা ওইনা মঙফাওনরক্লবকো।

( 8 )

ইবো—ইমাবোক নচা য়ৌজরক্লে। (খুরম্বা) জয়।

অ—য়ারে য়ারে।

ইবো—ইমাবোক্কি হকচাং য়াম্না কল্লমলেনা। য়েংবা মুংঙাইরেদা।

অ—ইচানা ইমাবোক ঐ লৈরি ইমাবোক্লা করিগী রাগদগে ঐনা য়োক্কনি ঐনা সেবা তৌগনি হায়রম্বা মুমিৎতুদগী ঐগী হকচাংসে কনথৎক্লবনিনে।

ইবো—হায়রু হায়বনি নচা ইবোচাউবা লৈরিবৈদা ইমাবোকী করিস্থ রাংলোইদা।

অ—ঐদিনে ইবোচাউবা নঙনা ইমাবোকী সেবা ফংজগে ইমানা শিন্নরম্মী হায়বদো হেক তাবদা পাকপ্রবা ঈপাক ময়ায়দা পীকপ্রবা কংক্রুপ মচা অমনা কায়দোংফম খণ্ডদহুনা কোয়রৈ লম্নমা তাউহুনা লৈরিবৈদা হুপনৌ মতোল অমা থেংনবদা কায়দোং ফংলে হায়না হরাওবদো মহুগা চপ মান্নপ্রবনিনে ইবুংঙো।

ইবো—অদো ইমাবোক কৈদৌঙৈ চংলসি হায়বগে ?

অ—ঙসি ১০ নি পানবনিদনা। পূর্ণিমা ন্ মিংতা চংলসি। আ পাঞ্জিকাস্থ য়েংলুরবনি। পূর্ণিমা হায়রিসে পাঞ্জিনা পীরকপা ন্ মিংনি। করি করি লোইশিন থমজিনগদবস্থ খরা মরাংলি। নঙ তাইবুংঙোদা লোইনা শিন্নরম্নগে। মহুনা ফম্নগনি। পূর্ণিমা ন্ মিংতুদা নঙ লাক্নুনা ঐবু লৌরো। জীব গাড়ী ১ থাবিরকউ ঐবু থিন্নবা নঙ তাইবুংঙোদা হায়খিগে মরাইনা থাজরক্কনি। মাইদি গাড়ীগী গাড়ী ঙাক্কনি। ওঃ য়ুমসি থাদোক্লমগদবসে ন্ংদি ন্ংঙাইথ্রিত্রেদা। উপায়দি লৈতে কমদি তৌনিদো।

ইবো—ইমাবোক পংথন থস্থবিক্রুরন্দ্রা। লাইনা তম্বা হায়হুনি। ঐনা নহাল সিদা লাক্লম্বদো অহুদগী য়ুমদা হনখিবগা ইমাবোক্না লৈনবা কা অনী তপথোক্লে। কা অমনা খরা চাউই কা অমনা খরা পীকই। কা খরা চাউবহুদি ফম্মুং

২ থাবা চনগনি। কা মচাদুনা ইমাবোক্লী লাইরিক লাইগু তাকম লাই খুরুমফম ওইবদা চপ চারগনি।

অ—থুনা হোৎনরম্মেদা ইচাদি। বদায়দগী অদুক থুনা।

ইবো—ঐনা লাংখৎচববুদি ইমানা হায়রম্বা অদুদগী হৌরবনে মপোৎ মচৈ পৈদুনা থম্লীবা কুইরবনি। পানখৎপদনিনা থম্না থুখিবগী রানে। ইমানা থরায় য়াওনা শিন্নরম্বা অদুগা ঐনস্তু পুকচেল শেংনা সেবা ফংজনীংদুনা হায়জবনিনা ইমাবোক্লা শোযদনা য়াবিরক্লনি হনজবা। চাবশঙ মচামস্তু মনীংদুদা তপথরে। ঐগীদি মী য়াম্মী চাকথুম চাউই। অঙাং ময়ামদুগা ইমাবোক্লা চাথকপদা বয়া দুংঙাইরোই থন্দুনা ইমাবোক্লগী তোঙাম্না চাকথুম ১ শেম্বনে। অদুগা ইমাবোক ঐখোয় ইচে অহন্দো মচা ১১ পোকইদনা। অঙাং য়াম্মন্দুনা মখোয় থম্না রারে। অদুদা ঐনা ইমাবোক্লী সেবা লাংবা তৌনবা পাখোন ইখোন শীমবা, মখোয়দস্তু থম্না কোমজনবা হায়দুনা দুপীমচা অমদি ঐনা য়োকচরুরগে হায়দুনা লৌক্লরে।

অ—নচেগী মচা হায়রিসিবু করম্বনো? মমাগা মপাগদি হরাও হরাও য়ারকপরা?

ইবো—ইবাইগা ইচেগদি করি হায়রুনি হরাওহিবনা মহানি। ইমাবোক নীংশিংবিরিবরা ঐনা ফুম অমা ইমাবোকস্তু য়াওনা নীংঙোল ময়াম চাক্লোইদনা। মদুদা চীংখৈলেম্বীগা থংননা ফমদুনা চাবা ইমাবোক্লা নচিন ননাওদি মাম্নপ্রেদা

শক্ক শক মান্নরিবা হায়খিবত্নিনে। ইমাবোক কাউরবক্সা
মশা য়াম নানবী খব ফজবী য়াইমত্নে।

অ—অঙাংত্বু লৌরুবদি কয়া কুইরবা ?

ইবো—সিদা ঐনা ইনাবোক নাবা হংবা লাক্লম্বদো মত্নগী নোং
হেক্ক ঙানবগা ঐ ইবাইথোয়দা চৎলে অত্নগা ইবাইগা ইচেগদা
মুপীমচাসিমদি ঐ য়োকচরুরগে ইমাবোকস্নু ঐগীদা লাক্কুনা
লৈরবগনি হায়রুবা।

অ—নচেগা নবাইগদি হবাও হরাও য়ারকইদনা মখোয় মুংঙাইতবা
তৌহৌদেকো।

ইবো—ইবাইগা ইচেগদি তিলোতামা মী ১ ওইজরনি ইমাবোক্কা
লৈমিন্নরবদি হাযত্নুনা হরাওগ্রে। অত্নগীস্নু মথক্তা ইমুংত্নদা
শেল যোক্লিবদি ইবাই মতোমতনিদো। চাবনা উসব
মচা ১ নি মহোব ব্রাববনি অত্নুনা হরাও হরাও য়ান্নকপনি।
ঐনা অঙাংত্বু লৌকবসি ঙসি হাপ্তামুক ফারগদন্না অত্নম
ওইরম্মনি। মুপী মচাত্নু হেক লাকপদগী নমৌ মুপীনা
অচারন ব্যবহাব তম্বৌরিবনি হায়ত্নুনা। এঃ মহানী ··· ।

অ—ইবোচাউবা মীওইবগী পুন্সী খোঙচৎ অসে কয়াদা ঙকথ্রবনো ?
ঈশ্বরনা শাম্নবিবা লীলা অসিমস্নু ঙকথ্রে। স্নুম থোক্লগনি
হাযবসিবু মতম খবগী মমাঙদা নঙ ঐবু থল্লমবরনে।
মঙদফাও মঙলমদে হায়বা।

ইবো—ইমাবোক পুম্নমকসে ঈশ্বরনা স্নুম থোকউ হায়না ঐখোয়গী

লাইবক্তা তমগ্রবনে। লাইবক্তা তমগ্রবা অতুদগী নাম্হোকপা মীওইবা ঐখোয়না ঙম্বগী বা লৈতে।

অ--চুমগ্রেদা ইবোচাউবা। "পেম্মা য়েলহৌ ফবী, য়াঙ্গেন পোলোই য়েংনসি" হায়বা ইপা ইপুগী পাউরোদো!

## (৫)

অ—মুপীমচা তিলোতমা! তারিবরা?

তিলো—করি হায়গে অবোক!

অ—ঙসিদি পূর্ণিমানি, লাইরিক তাবা মুমিং থোকইদো।

তিলো—খঙঙে অবোক থোরাং লোইনা লোইরবনে। থাউমৈস্থু থানগৎলম্লবনি। য়ুমলৈমা চঙতুনা মনম নমখিদরা হায়তুনা কা মচাদো থোঙ লোল্লম্বনি। ঐ তুলসি মনা খিত্তা হেকলুখিগে। তুলসি মনাতা ঙাইরে রাংলিবা।

অ—ঐ নঙ কাউথোকলমগদ্রা খল্লুরে ফরে ফরে।

তিলো—অজ্ঞাসু লেঙঙকপা য়ারে। লাইরিক তাফমলোমদা চঙবিরো। ধূপ থাউমৈ থানবা তিকি ১ তা মৈ চূরকখিগে অতুগা ঐস্থু লাক্লগে হায়মা 'অজ্ঞাদি য়োবু য়োরক্লে।

বামোন—মুপীমচা তিলোতমা থোরাং লোইরবরাও?

তিলো—লোইজরে অজ্ঞা!

অ—ইবুংঙো! ননাই ঐহাক ভক্তি কৎচরিয়ে।

বা—ইমাইপেম্মা ইনে! হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, জয় জয়। লাইরিক হৌনবা তৌরসিনে।

( বামোম্বা লাইরিক তৌবা লোইরবা মতুংদা অবোক্পা হায় )।

বা—ইনে ঐ য়োৗথ্রগে। ঙসিদি ৱাংমুদা যিৱোই অমা চাক থোংলুববু মীনা কয়া য়াগথ্রে। অা ইম্ফালদগী জীবও কারও মতৌ অমনি। বামোন ঐখোয় ১২ না থোংঙিনে। খ্বাং য়াংলেনসে তিংখৎপা য়াদ্রে ঙাহাক্তা তিংথোক্তুনা পোৎ-থারুখিগে। ইনে ঐ য়োৗম্নে।

অ—ইবুংঙো লেঙো জয় জয়

বা—জয় জয় ইনে য়োৗরে য়োৗরে।

তিলো—মসি বামোনসে নুংশিদবনা। লাইরিকপুদি মানা তৌবসে মচা তায় তাথা মুংঙাই। অদুদা মাই লৌজনা পুজনা মহানি অয়োৗবিনি।

অ—কৈদৌরবগেনে নঙনা লোল্লিবা মুরুম মুরুম শোল্লিবদুবো।

তিলো—কৈস্নু তৌদে চু অকনবদুগা অৱাথবী অশংবগা থনম্নগা কফোই মশুং ফজবা, য়ুবী, লফোই কোমলা লোইনা য়োমদুনা বামোনদুনা পুথ্রিবা। মহানি বামোনসে নোংমস্নু ঘোট চফু ওৎগা কা মনা, দক্ষিনা, লফোই য়েপ্তুনা পুথ্রিবা। উহৌয়ে।

অ—হায়হৈদে হায়হৈদে ইশুনা হায়গুম্নদনা বামোনসিনা ফংলিবসি ফংথ্রেনা অদুবু নীংথি মুংঙাই লৈবা উব্রনে ?

তিলো—উদে, খঙভি।

অ—খঙলবদি তুমিন লৈৱোদনা। ইস মুপীমচা অবোক্পী খোঙসি ঈংশিল্লক্লেনহৈ। ফম্মুংদা ওমলুবনা ফৱগদ্রা ?

তিলো—হোয় অবোক মতুনা ফরনি। ঈশিং অশাবা খাওস্থ ফৈজুপ মমুংদা ওমতুনা থনমবনি। ইহেঃ ঐদি কাউথোকলুরেদনা ইমাইপেম্মা!

অ—করি তৌরবগেনে অতুক ফিংগৎলিবতুবো?

তিলো—ঐদি কাউরুরেদনা লাইরিক তাবগী নংলরোই হায়তুনা কোইচেন চেনবদা। ঙসাই অয়ুক্তো ঐনা স্কুল কাগে হায়তুনা থোকখিবদা বসতগী নুপা অমা কুমথরকপা উইয়ে। মানা প্রেপ প্রেপ চঙশিল্লক্লগা ইবেম্মা নঙগী নমিং তিলোতমা কৌব্রা হংঙে। ঐনা কৌই হায়বদগী মানা চিঠি অমা পীরম্মে। মধুমঙ্গল সাহেবনা পীরকপনি বোম্বেদগী থারকপা চিঠিনি হায়রম্মী।

অ—বোম্বেদগী ওইববদি নচেনা থারকপা ওইরম্মনি। অদো পুথোরকঅগা পাররোদানা

তিলো—(চিঠি খাও শেগায়বগী মখোল) পারগে তারো অবোক ঐগী অবোক মুংশিবী।

নশুনা লমদম তাম্নবা বোম্বে সহরদগী অবোকপু থুরুমজরি। অবোকী থৌজান্দগী থবক খুদিংমক্তা মঙ্গল ওইজরি। তবোক্তা নীংবা পুম্নমক থুংহনবা ঙম্নগনি হায়বসে ঐগী অচেৎপা থাজবনি। লক্ষনৌগী ঐগী ওষ্টাটজি অতুনা বোম্বেগী ফিল্ম প্রেডুসার অমগা কনটেক তৌনবিতুনা ঐহাক প্লেবেগ সিংগার ওইনা বোম্বেদা লৈরে। লক্ষনৌ থাদোক্লমদাইদা ইজখিবা অতু অবোক ফংবিরমগনি থনজে। ঐনা শক্কদৌরিবা ইশৈ হিন্দিদা ঙাক্তনি।

মতুগী মরম পূম্নমক লক্ষনৌগী ওষ্টাজীনা বোম্বেগী অফাওবা গুরু ১ দা শিন্নবী। গুরু অতুনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌবি। মণিপুরদগী হায়বতুদা মখোয় খর ঙরা থোকই। অহানবদা গুরুজী অতুগী সেবক শাথাশিং অতুনা খর করেম কথায়নরম্মী। মমৈদা ঈশৈ ২/৩ শরুবা তুংদদি মখোয় তুমিন্না লৈগ্রে। অবোক্কা তাকপীবা ইনাৎকি ঈশৈ কাওগনু হায়বতু ঐ কাউজদে। গুরুজীনা ঐবু ফোক ঈশৈ হৈব্রা হংঙি। ঐনা খরা খরা হৈজৈ হায়না খুম্মী। হৈরবদি ঈশৈ ১ তং শকউ তাসি হায়বদগী ঐনা লাইহরাওবগী ঈশৈ পরেং ১/২ শকই। মতুদগী পরীংতুমা লোইনা শকউ হায়তুনা শকহল্লি। লাইহারাওবগী ঈশৈ ওতু লোইনা শকই। মখোয় পূম্নমক ময়া কাতুনা তায়। মসি অবোক্কী থৌজাননি।

( মরক মরক্তা অবোক্কা শুং শুং কপ্পগী মখোল )

ফিল্মগী ঈশৈ অহানবা শরুদৌরিসিগী ফী লুপা লিশিং ১০ ফংগনি। ইহান হানবা শৈশক অবোক্কা পীবিবা লুপা লীশীং ১০ তু হনজিল্লে। পূম্নমক অবোক্কা নশুদা পীবিবা আশীর্বাদকী মহয়নি। ঐনা থাক্তে শোয়দনমক অবোক্কী সেবা তৌবা হায়বদো ঙম্নগনি। গুরুজিনা অতৈ যিল্ম ৪/৫ সু ঐনা ঈশৈ শরুদবা লৈরি হায়। মথংগী ফিল্মদদি শেলসু হেনগৎনা ফংলনি তাকপী গুরুজীনা। ঐহাক বোম্বেদা লৈবা চহী ১ রোম খরা হেল্লমনী। চহী ২ রোমদগা লৈথখিগে থল্লি। রিসার্চ তৌরকখিগে থনবননি। অবোক্কসু য়াবিগনি থল্লি। ঐনা বোম্বেদগী হেক থোকলকপগা

শৈদমশঙুহ্ লিংখৎনবা শোয়দনা হোৎনজগনি। অবোক্ক মঙ্গল আশির্ব দ তস্তনা পীবিরকউ।

অবোকপু নোংনতা নশুনা কাউবা লৈতে। মুমিৎ খুদিংগী থেংনবু হঞ্জিলক্লবস্থ ভম্নবু হঞ্জিলক্লবস্থ ঐনা অবোক্কী ফোটো মচা ১ পুজবতুদা ধুপ থাউমৈ কৎতুনা খুরুমজরি। চৎলমদাই খুদিংস্থ অবোকপু খুরুমজবগা যাত্রা তৌজৈ। ভসি ফাওবদা চৎথোক থোৎতোকপদা থোইদোকপা অপল অরাক খুদোং থীবা থোকপা লৈত্রি। অদোমদা অবোকস্থ নাদ-য়েক্কনা হকচাং ফনা লৈনবা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি। অবোকপু খুরুমজবগা লোয়ননা চিঠি লোইশিনজরে।

অবোক্কী নশু
চীংখৈলেমবী

অ—তিলোতমা লোইরবরা?

তিলো—লোইরে অবোক।

অ—(কপ্পা) নচেদো পীশক পীক্লা নমাবোক্লা হুম্দোক্লম্বনিনে। ঈ মতুমদগী মাবু চাউননবা অবোক্লা য়োকলকপনিনে। মমাগী থোম্মাং আমৃত থকচবা ফংহৌদ্রবা ইশুনিদো। মাগী হায়ববু ঐনা লোইরবা। মুশিংথ্রেদা ইশুদো। জয় গুরুদেব (হীপথবগী মওং)

তিলো—অবোক তুম্মবরাও?

অ—তুমদ্রি। করি হায়বগে? নওবু তুমনীংলব্রনে?

তিলো—তুম্নীংদ্রিদা। অবোক্লা তুমিন্না লৈখিবতুদা তুমথ্রবোই নীংলুরবা। সে থোংদো শাহল্লমগে অবোক

অ—নচেদো স্নুম নীংশিংলুবদা লুঙাইতহুনা তুমিন্না লৈবনিদা। নচেনা লাক্কদোবসিবু কয়ামদি বাৎলি ?

তিলো—চহী ২ দি ফারন্নরোই।

অ—য়াম্না বাৎলিনা অহুদি। ঐদি কুইদ্রবোই নীংলুরবা।

তিলো—হন্দক মরক্তি অবোকপু ইহৈ হৈনীংদনা ইশোল শোন্থনা উই। করি তৌরবগে ?

অ—করিস্থ তৌদেদা। অহলদি নোংমা নোংমগী স্নুন ঙইশিল্লকইদো চহী য়ামশিল্লকপনিনা। অহল ঙইরকপগী শোন্থরকপনিদা। হন্দক মরকসে মঙ হাস্থ কয়া মুংঙাইতে। অহুদা ইবেনদো শোরী পারি পংখল হেক খল্লে। আঃ তুমজরুরো নংস্থ থেংঙম্মনি

তিলো—পংখন খনবিরুন্নুদা অবোক। ইচে থোরুক্লগা ইস্ফালদা অবোক্কী য়ুম অহুদা ঐখোয় ৩ পুন্না লৈমিন্নরুখিগদবনে। ইচেগা ঐগনা অবোক্কী সেবা তৌহুনা মুংঙাইনা।

অ—মহুবু ঙইরকখিগদ্রনে। ইবেনদি কয়া থাজদ্রেনহৈ মুপীনচা। হকচাংসে নোংমা নোংমগী স্নুম শোনজিল্লকইনে। ঐনা নহাল মঙবা মঙহুবু নঙোন্দা তমসিন্না করিনো।

তিলো—শোন্থরিদো অবোক্কা নত্ত নত্তবা পংখন খন্দুনা তৌরিবনে। মুংঙাইথোকও অবোক। অবোক্কী মঙহু তানীংথ্রেদা ঐদি। তম্মুবা অবোক।

অ—মুংদাং মঙ তমহৈদেনে, হয়েং তমগেকো। অবোক হয়েং তমগে। চৎলো চৎলো তুমজরুরো।

তিলো—অবোক্কী খোঙস্থ খরা শারক্লবনিনা ঐ লাইব্রিক ঙহাক ঔরাইরুখিগে। তুম্মীংব্রিয়ে।

অ—হোয় হোয়। চৎলো চৎলো পাজরুরো।

( ৭ )

ইবো—ইমাবোক! ইমাবোক ঙমদে হায়ববু করি ওইনা ঙমব্রিবনো। অঙাংশিংনা হায়রিবা ইমাবোক্কি চাক ইচা চাব্রে ঙসি ৪/৫ শুরে হায়। কয়া কম্না ঙমব্রিবনো। ডাঃ কৌসি হায়ব্রা মৈতৈ মাইবা কৌসি হায়ব্রা ইমাবোক্কা পাম্বা অমা তাকপীয়ু নচা কৌজরক্কে। মথোয় অঙাংশিংনা ঙসিতা ঙম্মীনে ঐঙোন্দদি। ঐনগা মরোল অমা লৌ শীংগী কোয়চেন চেন্দুনা লৈরেদো। ঙহাক্কা য়ুমগী মখাদা লৈবা শংদবা।

অ—কৈন্স পোইদোকপা তৌদে। নীংথমথা ওইবসিদা খরা ঈংবনে অহলগা ওইরকপনে অতুননি। মুংশা থীগন্থ করি থোই-দোকপা তৌরোই। নঙনা কৌগে হায়রগা মৈতৈ মাইবা ওইনা কৌরকউ। মিহুল থাহুল খরা খঙবা অমা।

ইবো—ঐ চাক চাব্রি। ইরু মায়থজরগা চাক্কু খিত্তং চাথোকলুখিগে অদুগা মাইবদু কৌরুরগে। নুপীমচা তিলোত্তনা নঙবু কদাইদা লৈবগে।

তিলো—মামতোন। ঐ অবোক্কী ফৈজুপ মুংশাদা ফোদোকপা অদু লৌশিল্লুবনে। করি হায়গে?

ইবো—ঙসিবু ইমাবোক চাক কয়াম চাবগে?

তিলো—ইচা চাদে। চাখোমুক ওইগদরা খঙদে চমফুৎ চানীংত্তি

হাযডুনা হঙ্গাম পেরে ফজবডু চমফুৎ ফুৎপনে অদো য়াতোন তংদে। খোঙস্থু অবোক্কীসে উনমুক ঈংডুনা অডুম লৈবা সুকশা শাদবা।

ইবো—অডুদি ঐ চাক চাথোকলুখিগে। অডুগা মাইবা ১ তং কৌকগে। নঙ, অবোক্কী খোঙদো ঈশিং অশাবা থাওকা হান্দুনা শাহম্নবা তৌরম্মু।

অ—ইবু ঙো চাক থংমল্লি। নশা লাইথুং ওইনি। হাম্না চাক্কু চানবা তৌরুখে'নে।

তিলো—অবোক হুংশাদা ফৌরুবা ফৈজুপ ফোং ফোং শাবসে শু'গলকেসে। খোঙডুনা ঈশিং অশাবা থাও হান্দ্রিবৈদা শামতুগী ফি অসিনা ওমসি।

অ—ইসঃ হুংঙাইথ্রেদা ফৈজুপ অশাবসিদি। হকচাংসি খঙহুং হুংঙাইগুম হেক তৌইদা।

তিলো—ঈশিং অশাবা থাও পুরক্লে, সে খুয়াদা থমগে। অবোক ঙবাং হায়বা মঙগী ৱারীদো তম্মো ঐ য়াম্না তানীংঙে।

অ—ঐহু নঙদো নঙোম্দা তম্নীংবনি। মরমদি মঙগী ৱাফমডু চুয়ক্কদরা খল্লিবা অবোক্না। মংডু মঙবদগী ঐগী পুক্নীং-দাচিংনবা অমা পোকখি। হুমিং অডুদগী হৌডুনা ঐ অনাবা লোযশিবনি। লাকও লাকও ফম্মূংদা, ঐগী ইনাকসিদা সিদা ফম্মোসে ইবেন মঙদো তম্মগে।

তিলো—তম্মো অবোক।

অ—ঐনা মঙডু মঙখিবসি হুমিং ৭/৮ নিলোমগী মমাঙ ওইগদ্রা

খঙদ্রে অমা হেক্তা ওইরসনু। মঙতুদা স্নুম তৌরম্মে। নঙগী নচেম বোম্বেদা লৈখিবিদো হল্লক্লে হায়বগুম তৌই। মানা/অবোক অবোক্সা পাম্বা সংস্থান লিংখৎলে অবোক্সা সভাপতি ওইবিরো। ঐনা ওঙা মকোক ওইয়ে। সংস্থান্দু মীয়াম্না পাম্নবা শিন্দমশঙ অমা ওইরবনি। মানা নোংমত্তা লাক্লুনা ঐখোয়দা করিগুম্বা অমতা হায়রদ্রিবসি করিগীনো হায়না নঙগা ঐগা ভাঙনৈ। মানা লাক্লুনা ঐখোয় ২ বু থিরদ্রবস্থ কনা নত্তে নঙগীনা নচেমনি ঐগীনা ইশুনি ঐখোয় অনী নোংমা ইম্ফাল কাক্লসি মাই মতৌ য়েংঙ্সি হায়নৈ। অতুদগী নোংমদি নঙগী মামতোন্দা হায়রম্মগা ইশু ইবেন বস গাড়ী ১ দা চৎলি। বস গাড়ীতু ঐখোয়গী থোঙ্গাল ওইনস্থ তৌই অচৌবা দলান ১ গী থোঙ্গাল ওইনস্থ তৌই মথোঙ খঙদে মঙনিদনা। বস অতু থোঙ্গাল মপাদুদা হায়নবা তৌদনা হেক্তা খাম্মী। অতুদগী ইশু ইবেন কুমথৈ গাড়ীদগী। কুমথরগা নঙনা ঐগী খুৎ শম্বী অতুগা ঐনা ঐগী চৈশুতু শূর শূরতুনা চঙভি। মমুং অতু ঈরাং লাংভম্মী পুং ঈশৈগী মখোলনা মায়শৈ মরীমক পুমনীল নীল্লি। দলান ৩/৪ নি থাইদগী চাউবা দলান অতুগী মমুংদা নচেনা ঈশৈ শকপা তায়। ঈশৈ শকপা লেপত্রে। ঐখোয় ২ না দারীদা খোঙ য়াম্থতুনা ঈশৈতু তাবনি। কনামতা থোরক্লুন। ঐখোয়বু কৌশিনবস্থ তৌরদে ঐখোয়নস্থ চঙদে। ঙহাক লৈরগা পাখং ¯চা মশম শাংবা অমা থোরক্লুনা লুপা ৫ চৎপী ( ইবেন

সে হায়তুনা পী অতুগা মানা হায় ঐখোয় ওজাদি ঈশৈ স্থর ফম্না পাল্লি খোরকপা শংদ্রে। ইবেম্না ওজাবু উননীংলবদি হয়েং নোংমা লাকপীয়ু। মতুদা ঐনা থুম্মী ঐ ভীক্ষা নিবী নত্তে পৈশা করিগী লৌরুনি। ঈশৈ তাবা লাকপনি হায়তুনা পৈশাতু লৌদে। মখোয়না ঐবু ভীক্ষা নিবীনি খনমাল্লে ঈশৈ তাগে লাক্লগা হায়তুনা পুক্লীংদা খরা ব্বারৌরপ তৌবদগী ইবেম্মা চৎলসি লাকও হায়তুনা মফমতুদগী ইশু ইবেন খোরকুই। খোঙ্গাল য়ৌরে। মতমতুদা নচেগী খোঞ্জেল মাল্লি মুপী ১ না অবোক নশুবু ১ মুক্তা ঙাইবিরমখো হায়তুনা তাম্নরকই। ঐ হম্না য়েংলমদে খোঙকাপ লাউন্না লাউনা কান্দুনা থুনা য়াঙনা অরাং পাংনা অতুম হাইগৎলে। নঙস্থ খোঙ্গালতুদা নচেমগা লেপমিন্নতুনা অতুম লৈহৌরে। তুংদা নচিন ননাও ২ না অবোক নশুশিংবু মুংশিদ্রব্রা করি মতৌনো তৌরিসিবু হায়না কপহৌবগী খোঞ্জেল তায়। ঐদি নম্বো মচাতুগা চৈশু অতু কোক কোক শুরগা চীং মাল নাব্বক শীংলক ওইনা তৌবা চীগোংলৈ মনা পান্দবা তিংখং ঙাক্তা পানবস্থ থুরক হাংদনা হৌই চীগোংলৈ মরক্তুদা পীক্ল পীক্লবা শঙ মচা মচা খরস্থ লৈ। মরক্তুদা ঐ চৎলি। লৈচিনস্থ ফজনা থারম্মী উন তাবস্থ মাল্লি অতুম চৎলি। ঐনা পুব্বিবা নম্বো মচাতু তাইবং চেংজেলনি হায়নস্থ তৌই। অতুদগীদি ঐ মিকপ থোক্লে। মিকপ খোরকপদা ঐ হীক হীক কপ্তুনা লৈরম্মী। কয়াদি মুংঙাইখিদ্রে।

মণ্ড অতুদা ইশু ইবেম্মা তারম্বা ঈশৈদো ইবেন নীংশিংলি। চে কলম পুথোরকউ ইশিল্লো য়াম্মা মুংশিবা ঈশৈনি। হয়েং নচেত্থু থোরক্লগা মাবু শকহল্লু।

তিলো—অবোক চে কলম পুথোরক্লে। ঈশৈ ময়েক্তো হায়বিরো ইশিনজরগে। "পুন্সীগী তালদা য়ৈত্থুনা, থম্মোয়গী সুর পান্দুনা, পুন্সী শৈরোল শৈথারিবা, হায়য়ুনে মণ্ডবু কনানো?" অবোক ঈশৈ ময়েকসিদি ফজথ্রেদা? মামতোন লাক্লে। অবোক।

ইবো—ইমাবোক হকচাংবু থরা মুংঙাইরিবরা?

অ—মুংঙাইরে মুংঙাইরে। করিস্থু থোইদোকপা তৌবা মক্তেদা। অহল ওইহ্নিল্লকপগা নীংথমথা ওইবত্থুদা ঈংত্থুনা তৌবনি! নমৌ মুপীনা ফৈজুপ মায়থসে শেংনা শুদোকপীরগা মুংশাদা ফোদোকপীরে ঙসিদি। অশাবা অশুবা ফিরোল ঙাক্তা সুপ্লসিদদি হকচাংসে থরা হেক মুংঙাইবোই নীংঙি।

ইবো—করিস্থ তৌরোইদা ইমাবোক। ঐস্থু চিংশুবম খুড়া ফৈজাওদো ইমাবোকপু অমুক্তা য়েংবিয়ু হায়ত্থুনা কৌগে চৎলুবনে। ঐখোয় সুৰাইদদি মিহুল থাহুল থরা নিংথিনা খণ্ডবদি মাতনি হায়নৈদো মশা থেংনরক্কে, কনাগীনো অনাবা অকনবা ১ গী কৌথি হায়র। হয়েং অয়ুক ঙহাক্তদি লাকপীদবা য়াদে হায়রম্বনি। খুড়াদো হয়েং শোয়দনা লাক্কনি।

অ—ইবোচাউবা ঙহাক্তা লৈতানা অমুক্তা ফমথখোনে। ইমাবোক্লা নঙোন্দা শিন্নরমগদবা রা থরা লৈরিনে।

ইবো—করিনো ইমাবোক হকচাং খিত্তং ঙমজ্রগা ইমাবোক্তি নত্তবা রাখল ঙাক থল্লমাল্লে। করিস্থ তৌরোইদা হকচাং অতুক য়াম ফরিবো।

অ—শিববুদি শিখিরোইয়ে অতুদা মীওইবা হাইবসে তম্বা ঙমদেনে। মীনা অমা খল্লিদো লাইনা অমা তম্মীদো। খর কল্লিঙৈসিদা ইচাদ রাফম খর শিন্নরীং তৌবনিদা। নঙ নীংথিনা নে না তানা ফমথখোও অতুগা ইমাবোক্পা হায়দৌরি রাফমসে মুম্না তাউ হায়বা।

ইবো—য়ারে ইমাবোক্পা হায়বিনীংলিবদো হেক্তা হায়রিয়ুদা।

অ—মাঙথ্রগদরা হায়না মুংশা থীনরবা নৈতৈ লৈবাক্পী কলচরবু কম্মনবা ঙমজবা খরদং হোৎনরম্বা হায়বসি ঐগী পুক্নীগী ১ তা ঙাইরবা আশানি। মসিগীদমক শৈদমশঙ ১ তং লিংখৎনীংঙি। মতুগী চঙগদবা শেল থুম পুম্নমক নঙ তাইবুংঙো মধুনঙ্গলদা শিন্নরম্নবনি। লংফৈদা নমৌমুপী চৌংখৈলেম্বী থাখিবা অতুস্থ মসিগীদমক্তনি। সঙ্গিত জ্ঞান খরা হেম্না তানশিনলুনবনি। মহাক্পা তম্বা লোইতুনা হল্লক্লগা শৈদমশঙ অতু চালাইহনগে হায়বগী আশাদা থাখিবনি। মাস্থ থোরক্কদবা পংকুই কুইরম্নরোই। নখোয় খ্বাইনা পাংবিতুনা ইমাবোক্পা মঙজরম্বা মঙসিতদি মঙফাওনহনবিয়ু। ঐগী আশা নখোয়না থুংহল্লু অসিতনি। ঐনা নঙগী নকমদা শিন্নরমগে থনবসে।

ইবো—ইমাবোক ঐখোয়গী ইনাৎ ইজ্জৎ ঙাকপা কায়দনা খম্মা হায়বসে ঐখোয় খ্বাই পুন্নক্কী অপাম্বনি। মতুগীদমক খোইনা মুংশা থিবিরুমু।

অ—অতুগা ১না করিগুম্বা ঐগী পুন্সীনা তেন্দুনা পামজবা থবকসি পাঙথোক্লিংবদা শিখিবা থোক্লবদি কনাদমু ঐহাক শিরে নত্রগা শিগ্রে হায়বসে তাকথোকপীগমু খঙহনবিমু। কনাদমু অরাবা পীনীংদে। ঐগী শোরাৎ য়াম্মা চম্মা শোল্লু। কাম্নদবদা শেল লংথোকপা পামদে। ঐগী ইশুমুপী অতুনা থোরক্লিংবদা শিখিবা থোক্লবদি মঙোন্দমু তাকপীগমু। মাগী মহৈ মশিং তম্বদা অকায়বা থোরকপা য়াই। হল্লক্লগা মরাইনা খঙজগনি। মতুনা মাগী তুংদা অফবা ওইগনি।

ইবো—করিনো ঙসি ইমাবোক্না তাকপীরিবা রাফমশিং অসিবো। ইমাবোক শিখিরোইনে করিগী মুংশা অতুক থিবীরিবনো। চুম্না অহল ওইরকপগী খরা পাঙ্গল হল্লকপতনি।' করিমু তৌরোইয়ে।

অ—নহোয়না খঙদবা ইমাবোক্কী পুক্নীংদা ফাওবা অমা লৈনে অতুদা মুংশা থীরিবা। ঐগী কর্ম্মগীদি ঐনা হায়খিবতুনি ঐগী ইবুঙোগী শ্রীচরন্দা সিধা ১তং কৎলগা লোইরে। শিরগা ধুম ধাম তৌবদো ঐ পামদে। কর্ম্মদা চঙগদবা শেলদো ইশুমুপী তিলোতমাদা শিন্নরমগে। অঙাংমক ওইরমু ভাব য়াম তাবা নুপীমচানি।

ইবো—ইমাবোক্কা ঙসি লোল্লিবা ঙাঙলিবা ময়ামসিবু করিনোনে ঐ ভাব তাদ্রে ঙাওরে। ঐফাও য়াওনা মুংশা থীজিল্লক্লে।

অ—অহল ওইরকপা হায়বসিদি সি ঙাক্কনি। শিন্নবা নংঙোইদ্রা খন্দুনা থরা খিৎ মাঙজোননা হায়রম্বগী ৱানিদা। ঐদি অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা থবক শোয়হন্নীংদবদগী মাঙজো মাঙজোননা খন্দোক্কনা হোৎনরকইদো। শিরমদাই ফাওবদা মহু কাউদবগী ৱানে।

ইবো—ইমাবোক্কা পাম্বা পুন্নমক্তো নচানা শোয়দনবা হোৎনগনি। চাক চারগা পোৎথানবহুম তৌবিরো। মুপীমচা তিলোতমা নঙ নবোক্কী চাক ঈশিং হোৎনরিবহুবু লোইরবরাও?

তিলো—লোইরে মামতোন।

ইবো—করি করিদি থোং থাকলিবা?

তিলো—হৱাই থারাক মকু চাবীদো চমফুৎ ফুৎলে। শঙ্গোম নঙ নঙ লাউনা ঙৌহুনা তেঙ্গোৎ অচৌবা অমগা ঙরাং য়াম্বা লফোই লৌউ অচৌবদো অহুদগী উথক্তা মুনবা মখৈ খল্লগা অবোক্কী চানবনি হায়হুনা ইনেনা পীরকয়ে। মহু পীজগে তৌরিবা।

ইবো—ফরে ফরে পুথোরকও। মৈফুসি মৈতাল থরস্থ হাপচিল্লকে অহুগা মপান্দা নীকথোরক্কে।

তিলো—অবোক চাক চাথোক্লসি।

অ—হোয় হোয়। ঐগী ইশু চীংথৈলেম্বীদো উনিংলকইদা, কুইরেদো ইশু উদবা।

## ( ৮ )

চীংখৈলেম্বী—তিলোতমা নঙবু ঙসি কৈদৌরবগে তুমিন্না রা লানকা অমতা ভাঙদনা তুমিন্না মুংশুক মুংজাননা লৈরিসিবো। নঙনা তুমিন্না লৈবসি উরগা ঐগী পুক্নীংদা চিংনবা অমা পোকইনে। কৈদৌরগে—?

তিলো—কৈস্থু তৌদেদা। পাবুং মধুমঙ্গোলদো ইচেবু ওকপা প্লেন তাফমদা ঐগা চৎমিন্নসি হায়না ভাঙনবনে। অতুদা ওরাং দিল্লীদগী মন্ত্রী অমা থুংডৈ থবক অচিনবা খন্না লৈরে থাদোকপা য়াদ্রে হায়তুনা পাবুংদো লাক্ত্রবা। ওসাই ওস্তানা গাড়ী থারক্লুনা ঐবু লৌরৈয়ে।

চীংখৈ—ইবুংঙো ড্রাইভর! থোঙ্গালহু হাংদোক্লগা গাড়ীসি শুমাং য়ৌনা থৌজিল্লু।

তিলো—ইচে ইমুংদা চঙসি অবোক্কী কাদা হান্না।

চীংখৈ—করিনো অবোকপু হকচাং ঙমদব্রাও? হৌগৎ কাংখৎপা ঙমত্রবরনে?

( থোঙ হাংদোকপগী মখোল। ইমুং চংবদা মবোক শিগ্রে হায়বগী খুদম উবা। মতু হেক উবদা তেংথাতুনা কপ্পা )

তৌরিবা মতৌসিদি করিনো? নশুবু হুন্দোক্লমতুনা অবোক চৎথ্রবকো। তিলোতমা, ইচেগী ইবেম্মা, অবোক লৈখিদ্রে হায়বা ঐভোন্দা তাকলক্লিববু করিগীনো? অবোক নশু লাক্লে। নশু লাক্লে। অমুক্কদি খুম্মকউনে অবোক। ঐনা থোঙ্গাল চঙলকপদা মিৎ পাম্বোম চোংবদি সিগী ওইরেকো। তৌরিবা অসিবু মঙলা

তাইবংলা খঙদ্রেনে অবোক। করি মতৌনোনে সিবো। অবোক! অবোক নঙনা চল্লম্লিবা পাউখোং অসিৰু নঙনা করম ফোংঙ্, হায়রিবনো। অবোক লৈত্রে হায়বসি কনা ১ঙনা ঐঙোন্দা তাকপীরক্ত্রিসিনা করিগীনো।

তিলো—অবোক্না তাক্কম্লু হায়রম্মে। শিরমদাইদা অবোক্না কম্না শিন্নরম্মী। অবোক্না হায়রম্বসে ইচে, ঐনা করিগুম্বা ইশু মুপীতুনা লংফৈদা লৈরিঙৈদা শিবা থোক্লবদি মঙোন্দা তাকপী-খিগনু। তারগা মথক্লাই মুংঙাইতত্নুনা মাগী মহৈ মশিং তম্বদা অকায়বা থোকপা য়াই। মহৈ মপুং ফারবা মতমদা থোরকসনু। লাক্লগা খঙবতুনা ফৈ হায়রম্বদগী তাক্লক্কবনি। অবোক্কী য়াথং ঙাকপনে ইচে।

চীংখৈ—ঙসাই চঙঙকপদা ঐস্নু মখল্লি ঙসিগী মতৌসিবু করিনো হায়দনা। অবোক্কো থোঙ্গালদা ঙাইরমত্রবস্নু দারিবান্দা লেপ্তুনা মশু ঐবু শোয়দনা ওকলমগনি। অতুগা অবোক লৈরমদবা অহাঙবা কা (কপ্পা)। অবোক্না লৈখিদবদি কয়ামদি কুইরে।

তিলো—হৌখিবা ফাইরেনগী পঙ্গনী মুমিৎতা লৈখিদবনি। পাবুংদা শৈদমশঙ শাবগী শেল থুম পুম্নমক শিন্নরম্বনি। পাবুং উনরগা খঙগনি। পাবুংদো মুংদাংদদি শোয়দনা লাক্কনি।

চীংখৈ—ঐখোয়গীসিদা কনা কনাদি লৈরিবা?

তিলো—পাবুংনা লোইনা শিল্লম্নবনি। চৌকিদার ১ লৈ।

নচিন ননাওগী পাখোন শিনবনি হায়দুনা নেপালী মুপামচা ১সু থম্বীরি। ঙসাই জীবতগী পোৎ থাংথরম্বা অদুনি।

চীংখৈ—অবোক্কা অতৈ করি করিদি শিন্নরম্মী?

তিলো—অবোক্কা হায়রম্বা হায়ববু নচিন ননাও লৈমিন্নৌ কায়নগম্মু ঐনা নচেম্মু শেন্নম্লে নচেনা নঙবু মরাইনা শেমজগনি। নখোয় অনী থাদোক্লগম্মু। অদুগা মামতোন্দা লৌ পরী ৩ পানবিরম্মী ঐঙোন্দা পরী ২ পানবিরম্মী। অতৈনা ইচেগী মীংদা।

চীংখৈ—অতৈদি? অদুনা লোইরবরা?

তিলো—লোইদ্রি য়াম লৈরি।

চীংখৈ—করি করিনো তম্মোদনা।

তিলো—ইচেনা লিংথৎকদৌরিবা শাগদবা সংস্থান অদুগী মমিং "কংলৈ শৈশক শৈদমশঙ" হায়না থোল্লুসু হায়রম্মী।

চীংখৈ—অবোক্কা পামজরম্বা, নীংজরম্বা পুম্নমক ঐনা লোইনা পাঙথোক্কনি। পাবুংগা তানরগা থুনমক শৈদমশঙদু শাবা হৌরগনি। অবোক লৈখিদবা কুমওন ফিরোই মুমিংতা শঙ্গাবা নংনবা শাগনি। অবোক্কা থম্বীরম্বা ময়ামসিগা ঐনা পুরক্লিবা শেল অসিগনা ফজনা শাবা ওক্লনি।

তিলো—অদুগনে ইচে অবোক্কা হায়রম্বা ১সু লৈরি। অরাংথংবা শোরোক ময়ারোমদা মীথুংশঙ ওইনবা কা কা থায়দোক্লুনা শঙশাং ১, মমাঙথংবদা পোৎথাশঙ শাউ, মথাথংবদনা জগ্নোয় ১দি দ্রামাগী শঙ শাগদবনি। অদুগা মনীংথংবা হায়বদি ময়াইসিদনা দলান মথোল ২ গী শঙ শাগদবনি।

মথক্তনা নচিন ননাও লৈয়ু। মখাদনা ঈশৈ কা ওইয়ু
হায়রম্মী অবোক্পা।

চীংখৈ—অবোক্পা পাম্নব্বা অদুমক থবক ওইনা হয়েংদগী পাঙথোকপা
হৌরগনি। শুমাং ময়াইসিদা অবোক্পী মূর্ত্তি অমা নৃংঙৌনা
শারগা খিনগনি।

তিলো—ইচে অবোক্পা থ্ পকদবা ৪/৫ নিগী মমাঙদা "নোংমা মঙ
১স্থ ঐঙোন্দা তম্লম্মী। মদো ইচে নহাক তানীংব্রা?

চীংখৈ—করিগী তানীংদদি হায়গে। তম্মো তারসি।

তিলো—অদুদি তম্মগে তারোকো ইচে।

( মঙ অবোক্পা তমখিবদু পুশিল্লকপা )

চীংখৈ—মঙ অসিমক্কি ঐনা বোম্বেদা নোংমা মঙখিবা। অহীং
অদুগী নোংঙাল্লকপদা ঙস্তা হৌগত্তুনা ইরু মায়থজরগা ফিশেং
শেংতুনা অবোক্পী ফোটো মচাদু খিল্লগা ধুপ থাউমৈ থাদুনা
অবোকপু খুরুমজরগা ওখোংনা কপ্তুনা ঈশ্বরগী খুয়াথাদা
মসিমতদি তাইবংদা থোকহনবিগম্নুকো হায়না নিজখিবা।
অদুগা ঈশ্বরনা ঐনা হায়জবা অমতা তাবিদনা মঙবু তাইবং
মঙফাওনহল্লবা। ঈশ্বর ইবুংঙো মুংশি হৈত্তেদা নঙসে।

তিলো—ইচে অবোক্পী মঙতুদা ইচেনা শকখি হায়বা ঈশৈদো অদুগী
ময়েক অবোক্পা মঙ তম্বদা ঐবু ইশিল্লু হায়তুনা ইশিনখিবদো
সে সিদা লৈরে। ঈশৈসে ইচেবু শকহল্লু হায়রম্মীসে।

( ঈশৈ ময়েক অদু তিলোতমানা মচেদা পী।

মচে চীংখৈলেম্বীনা ঈশৈ ময়েক অতু মুন্না য়েংচুনা ৩/৪ রক পাই হন্না হন্না। রাস্ত ঙাংদে কপস্তু কপতে। অতুগা হায়নরকই )

চীংখৈলেম্বী—অবোক্পী মণ্ডলান মণ্ডফাওনহনগনি। শোয়দনমক্পী পোইরৈ কংলৈ পুংময়োন্দা "কংলৈ শৈশক শৈদমশঙ" নোংপোক ভারতকী শৈদমশঙ ওইহনগনি। মসি ঐগী রাশক্লি।

